# থাদোকপা

ড্রামা

শ্রীমাইবম রামচরণ সিংহ

মমল লুঃ [illegible]

# থাদোকপা

## ১ক্বা মতাং

( চীংয়াগী ফজবা লমদম )

[ যমুনানচিংবী লৈশাবী থরা পিকনিক লাকপগী মওংদা থোরকই। যমুনাদি ছাতিন অমা লোয়নরকই। ]

যমুনা— রাণী নং ঈশিং থরা শোকলুরো

রাণী— করিনা শোক্কনি।

যমুনা— চফু অদুনা হেক শোকলুদনা।

রাণী— অনকপা অসিরাইদগী হেক শোকউগেকো।

[ চফু অমা পায়দুনা রাণী থোকখিবা ওক্তগী চফু কায়বগী মওংদা ইহেঃ হায়বা চফু কায়বগী মখোল ]

যমুনা— থুগাইরব্রাও ( রাণী চংলকপা ) ফরে হৌজিক করিনা ঈশিং শোক্কুনা কদায়দা চাক থোংদুনা চাগনি, পিকনিক লাকপরা হায়ববু চারা হেনবা তারীদনা?

[ ময়াম ইঙ্গ্লাং-নাপী শেমদুনা অদুম লৈবা, মতম অসিদা পাখং কাংবু অমনা পিকনিক লাকপগী মওংদা লাংবগী মখোল—তাই। অদুগা রাজেননচিংবা মুপা কাংবু অমস্ত পিকনিক লাকই ]

রাজেন— কুমার ! কুমার !!
কুমার— ( মন্নুংদগী ) বাবু।
রাজেন— নং অমুক তুংদা করিদৌহৌরিবনো ?
কুমার— লাকচরে ! লাকচরে !!
রাজেন— কুমার
কুমার— [ ফিংনা চংলকপগা লোয়ননা ] য়োঁজররক্লে বাবু
( মুপী ময়াম অদু উবদা ) ওং I see— !
রাজেন— কুমার থেংথিনবনি , প্রপ প্রপ তৌদুনা চাথোক্লবা হোৎনরসি।
কুমার— ফনি বাবু ! ( পোৎ-চৈ অসুম য়েংলুবদা থুম য়াওরমদবা ) বাবু করম তৌগনি ?
রাজেন— করি তৌরবগে কুমার।
কুমার— ( লোন্না ) থুমদি মনা অমত্তম্ রাওদে।
রাজেন— অদুদি করম তৌগদৌরিবা ? ওন্নাইনা মুন্না য়েংলকপা য়াদ্রা ? হৌজিকপু কদাইদগীনো থিরুগদবসিবু ? ওস্থোক্লা মথোং চাথিদ্রে।
মেঘজিৎ—করমদি তৌগনি রাজেন বাবু ঈশিং থক্কুনা হনবা হায়বদু ঙাইদনা।
রাজেন— মতু মঙাইয়েদনা ! কুমার ঙসিগী থৌদোক অসি নংনা থবক মুন্দতুনা থোকলিবনি মং চফু-উয়ানশিং অসি পুদুনা ঈশিং শোকউরো।
কুমার— বাবু ( রা অমা হায়নিংবগী মওং। )
রাজেন— করিনো ?

কুমার— ( লৈশাবী party রোমদা য়েংলুরগা ) থরা থাইরকপা
য়ারোইত্রা হংগেদো ?

রাজেন— কনাদা ?

কুমার— অশোমদা ( খুদোনবী থিরবা )

রাজেন— হংঙু দনা।

রাধে— যমুনা—

যমুনা— করিনো ?

রাধা— য়াওবরা হংসিদো

যমুনা— করি কান্নবা।

কুমার— (রা হংগে তৌরগা হায়বা ওমদনা নোক্তুনা হন্দোরকপা)

রাজেন— কৈদোরবগে ?

কুমার— Sister খোয়গী ইঙ্গাং মথেলবু.... ... ...?

রাধা— Brother না হায়বিরিবসিবু ইঙ্গাং মথেল তান্নশি
হায়বিরিত্রাও !—

রাজেন— কুমার। পোৎ হংগনি হায়রগা ইঙ্গাং মথেল তান্নদুনা
লৈরবরা ?

যমুনা— করি পোৎ রাৎলবগে ?

রাজেন— ইবেম্মা ! ইঙ্গাং মথেল তান্নবদি হায়রুগনু— ইঙ্গাং
মপীদুম য়াওরকত্রে—
( লৈশাবী ময়াম নোকপা )

রাধা— ইঙ্গাং মপী হায়ববু করিনো ?

রাজেন— থুমনিমা ইবেম্মা।

রাধা— ঐখোয়গীসু.......।

যমুনা— হে-রা.......।

রাধা— হায়গে কৈদৌবগে

কুমার— হায়বিয় করি রাৎলবগে?

রাধা— ঐখোয়গীস্থ চাক্কী মপু য়াওরকত্রে—

রাজেন— চাক্কী মপু হায়বদি।

রাধা— চফু— ( নিপা ময়াম নোকপা )

কুমার— হাঃ হাঃ হাঃ ঙসিদি অরাৎপা মশেল ঙাক্তা থোক্লবনিনা

কুমার— ঐখোয়গী পার্টি অসিগা Sister খোয়গী Party অসিগা ঙসিদি তঙাই ফদনা একদেহে ওইদুনা ইমুং মনুং ওইরসি হায়ববু করি হায়বগে? ( লৈশাবী ময়াম হৈমা হায়দুনা নমায় লৈথোকপা ) মসিদা Sister খোয়না। নত্তবা রাথলদা পুবিখ্রে। ঐনা হায়রিবদি অসিনি— ঙসি অসিদি খুদোং চাদবা মশেল ঙাক্তা থোক্লবনিনা অহেন অহেনবা পুথোক-নদুনা, অরাৎ অরাৎপা কুপখৎনদুনা চাকখুম অমত্তা ওইরসি হায়বগী রানি। মসিদা হঙ্গোইফম থোই-দোকপা লৈতে। Sister খোয়না পুজারি ওইবিরগা ঐখোয়না দুহোন ওইভদুনা অরাৎ অপা পুন্নমক ঐখোয়না চেনজরে হায়রগা হাওনা চামিন্নশি হায়জ-বনি। মসিবু য়াম্না কায়রবরা?

রাধা— হায়রিবা অসিবু Sister Brotherগী ভাবতা........

কুমার— মাল্লি ২ মদুনি। অসিদা Wife Husband গী ভাব করি অমতা লৈতে। ইমুং মনুং হায়বদুদা

Sister খোয়না নত্তবা ৱাখল্দা পুবিখে। Pure Sisterly—Brotherly love তনি। (লৈশাবী নোকপা) ঐনা হায়জবিবসি Heart and soul নি। ঐগী প্রোপ্রোজেন অসিদা Any body second তৌবিরোইদ্রা ?

রাধা— ঐনা Second তৌজরে।

কুমার— O ! Thanks

রাধা— অদুদি ঐখোয় চাক থোংনবা থৌরাং তৌজরুরগে। দুহোন ওইবিগে হায়খ বনিনা ঈশিংগা হোনবিরোদনা।

কুমার — Why not —রাজেন বাবু ইঙ্গাং মথেন তাম্ন-বিরম্মো ঐ ঈশিং হোঞ্জরুরগে।

( চক্কু অমা পাইদুনা চেনথিবা পাখংসু লৈশাবাসু পুনরকপা পোৎ পুন্নমক মফম অমত্তদা থম্বা )

রাধা — Brother খোইরোমগী এঙ্গাং মথেনগী মরমদা opinion অমত্তং পিবিরকলোদনা ?

রাজেন— মদুগী মরমদুদি Sister খোইনা তৌবিরকপা সজে-সন্দা ঐখোয় ফোলো তৌজরে।

রাধা— ইকাইবিনুদা থরাইনা পাম্বা অমত্তংদি তাকপিরকউদা।

মেঘজিৎ-রাজেন বাবুনা পাম্বা অমত্তংদি লৈ। মদুবু য়াওরম্মোইবে।

রাধা— য়াওরম্বসু য়াই। হায়বিরকউদনা ?

মেঘজিৎ— আলুগা য়োংচাক্কা তোৎনবা।

রাজেন— হেরা ( লৈশাবী ময়াম নোকপা )

( কুমার চক্কুকা অমত্তা য়াওদনা তখিং ২ চেন্নকপা )

রাজেন—কুমার চকুগা অমত্তা পুররুত্রবদি করি তৌরে ?
কুমার— ইমাইপেম্মা ২ অশ্বাইদা কুইনা লৈবা য়াবা পোৎ নত্তে! য়ুমদা থুনা চৎলসি।
রাজেন—করি তৌরবগে ?
কুমার— ঐনা ঈশিং শোকতুনা প্রপ ২ লাকপদা অহল অমনা ওম্বোকপা রা অমা হায়বদগী হেক পাখৎখি-ত্রুনা চকুগা পুমকাই কাইহৌরে।
রাজেন—করি হায়রকইবনো ?
কুমার— অশ্বাই অসি ওম্বোক্লা লুখ্রবা লাইফমনি হায়। চাক থোংত্রুনা চাবদি হায়রুগমু, অয়ুক মুংথিল ফাওবা মী তুবৎ চৎনদে হায়। কান্নদে চৎনবা তৌরসি।
রাজেন—হে-হে অত্রুগী ওইরেশে।
যমুনা— য়ুম য়োনবা প্রপ ২ চৎলসি রাধা।

( লৈশাবী ময়াম মাগী মাগী মপোৎ পায়ত্রুনা চৎখিবা। যমুনা মাগী ছাটিনদি পুত্রত্রুনা রাজেনগী ছাটিন পুত্রুনা চৎখিবা )

রাজেন—কুমার! ঐখোয়সু থেংথিনবনি। প্রপ ২ চৎলসি।
কুমার— ঐদি থিল্লে হায়রিবনি ( মুপীশিংনা চৎখিবা মাইকৈদা চৎকে তৌবা )
রাজেন—( কুমারবু ফারগা ) ঐখোয়না লাকপা লম্বীদদি হন্দনা কদোমদা ?
কুমার— সোমদা চৎখ্রসি কৈদোবগে ?
রাজেন—য়াদে কুমার be gentle নশাগী প্রেষ্টিজ মাংহনগনু লাকপা লম্বিদা হনখিসি।

কুমার— হঃ হঃ হঃ কৈদোবগে হনখিসিবা ? ( রাজেন্না মাগী ছাটিন য়েংলুবদা লৈরমদবা। যমুনাগী ছাটিন লৈরম্বা)

রাজেন—ঐগী ছাটিন্না কনানা পুখ্রবা ? মসিনা কনাগী ছাটিন্নো ?

কুমার— O! I see—! মসি most beautiful অদুগী ছাটিননিদনা ? লেংলসি প্রপ ২ তান্নসি (চৎকে তৌবা)

রাজেন—হয়েং হংনরগা ওন্নরবস্লু য়াইদনা।

কুমার— ছাটিন হয়েং কোন্না ওন্নরবস্লু কৈদোবগে রাজেন বাবু! মখোয়না চৎখিব্রা মাইকৈ অসোমদা চৎখিশিবা ?

রাজেন—করিগীনোনে ?

কুমার— ওসাইগী দায়লোগ য়াম্না Expert ওইবী মচিন দ্রো দ্রো লাওবী অদু……কৈদোবগে রাজেন বাবু! ভাব অদুম তাবিরোবা ? লেংলসি মখোয় আ য়োখ্রে।

রাজেন—তান্নরবস্লু ফংলরোইদবদা করি কান্নগদগে ?

কুমার— লাপ্না অস্তুম ইপ্পগে।

রাজেন—অদুবু করি কান্নদগে ? ওসি নত্রবদি মুমিৎ অসি হুই য়েন্না চাখ্রগদ্রা ?

কুমার— চাদি চারোঙ্গ হায়ববু··লেংদা লেংলসি রা য়াম্না লৈ।

রাজেন—মরমদি——

—ইশৈ—

"থরোগী চান্নবা থাজনি
লৈরাংগী মরুপ খোইমুনি
কায়বা য়াত্রবা হৌনশানি"
"শিঙেল লৈখোং থিরগা

লৈরাং লৈহি চুপ্লদি
খোইমুশিংগী হৌনপানি"
"শিঙেল লৈরাং তল্লসি
লৈরাং তল্লা পাইরসি
লৈহি পেল্লা চুপলুসি"

রাজেন—অসিরা ?
কুমার— মাল্লি ২ ২ ২ ২ রাজেন বাবু ! ঐহাক তাম্নজরে
( চেনখিবা )

---

## ২বা দৃশ্য

### সহরগী লম্বী

( যমুনা রাধাগা রারী শাদুনা থোরকই )

যমুনা— ঐদি সুখং খংদবনে !

রাধা— য়ুম য়োরবা ফাওবা খঙদবা ?

যমুনা— কনাগী ছাটিম্নো হায়বা ঐদি শুখং খংদবনি। কনাগা করম তৌদুনা ওন্নখিব্রনো ? ঐ হৌজিক ফাওবা রাথম্না লাম্বা ফংদ্রি। মসিগী রাশি তোকথিশি ! নত্তে রাধা ! নথোয়গী পরিক্ষা কয়াম রাংলি ?

রাধা— থা মথাইমুক ৱাৎলি। নখোয় ইমানা নংবু লাইরিক তম্বা তোকহল্লিবসি অসিনা করি মরমগীনো ?

যমুনা— খঙদেদা মসিগী থল্লুবদা য়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈনিংঙ্ব্রবনে।

রাধা— ( মাইকৈ অমরোমদা য়েংলুরগা ) হায় লাক্লে হায়।

যমুনা— কনাবু ?

রাধা— মী ! ( মহেন্দ্র গোরকপা যমুনাখোয়গী মপা য়ৌরকপদা চে অমা থাদরম্মগা চৎখিবা )

যমুনা— চে অমা তাহৌরেনে। খুনগৎপা )

রাধা— তাহৌবা নত্তেদা নংঙোন্দা পীরম্বনিদা।

যমুনা— হেরা নং অমা ! পরিক্ষাগী ৱাহং চেগা ওইরমগনি।

রাধা – চুম্মী পুন্সিগী আশাগী ৱাহং চেগা ওইরমগনি। য়েংউ ২ ঐনা হায়বা শোয়বরা য়েংউ।

যমুনা - ( য়েংলগা ) চুম্মীহে রাধা !

রাধা— মী পোংস্ল লাক্লে। পাথোকখিসি। পারো ২।

যমুনা— ( পাবা ) ইবেম্মা ! ৱা খঙদবা তাজনিংদে। ইথক থোংবা কয়ানিদো চংদ্রিঙৈদা খনজখিগে। চংঙুরবদি নিংহন্নবা মী নচ্চদে ৱারৌবিগনু। ইতি

মসিনিদো মুমিৎচুপ্পা অসিগুম্বতা হায়দুনা লৈবা। খোইদৌ শাওগৎপনা— মী অতৈগুম্না নংগীদমক্তা লেপ্তুনা লৈজরি। নং ঐ শিমিন্নরসি অসিগুম্বা ৱা অসি মুকহায় হেক হায়দনা মুমিৎ চুপ্পগী মুপীগুম্না ৱাখল খনজখিগে—হা— অদু তৌজখিগে। মসিদা শাউনিংওইদবা মী অসিবু লৈরিবরা ? নোংমতম্ব পুক্লিং মুংওনবা থমোই হুবা মুংশিবা ৱাহৈ অমতম্ব—

যমুনা— হায়রকউদনা অদুদি হেক নত্রদুনা———

রাধা— মতৌদি ইহৈ হৈরোইদবোই নিংই। রাহৈ রাতা হৈখ্রে হায়বনি।

যমুনা— হৈদুনবু করি কাম্নগদগে? মহাক ঐহাক লৈনরিবা মরি অসি মী থ্বাইগা ইওন ওন্নরিবনে। হয়েংদি মানা স্কুল কুমলকপা ঙাইরগা অরেপ্পা রা অমা হেক্তা——

রাধা— হোয়নে হোয়নে নুমিৎ থাবিখ্রে? মীগী মচা করিস্নু খঙজদবা অসে চেনবিখ্রে। হাঃ হাঃ হাঃ।

যমুনা— চরোদা চৎতুম চৎশি।

রাজেন—(মনুংদগী) Sister! Sister

যমুনা— কনানো ঐখোয়দরা? (রাজেন থোরকপা)

রাজেন—করিগুম্বা অমত্তা………………….।

যমুনা— সত অপ (যমুনা রাধা থোকখিবা)

রাজেন—সত অপ! ২ করম্বা মুপীশিংনো? মপোৎ ইপোৎ ওন্নসি হায়বিগে তৌরগা সত অপ! ২ (রাখল তৌবা) ময়ুম তান্না চৎলগা ওন্থোকউশি।

রাজেন—হায়বরা?

(যমুনা রাধা অমুক লাকপা উবা, যমুনানা রাধাদা ছাটিন অদু ওন্নরু হায়বা, রাধানা নং হেক ওন্নরু হায়বগী মওংদা য়াদবা মখোয় অনিনা তৌনরিবা মতৌ অদু উবদা রাজেন রা অমত্তা ঙাওলমদনা শাউশিন্নদুনা চৎকে তৌবা)

যমুনা— করিগুম্বা— অমত্তা…………….।

রাজেন– সত অপ ( চৎকে তৌবা )

যমুনা— করিগুম্বা রা অমত্তা নিংশিংজখিগে।

রাজেন–ঐনা সত অপ হায়বসি রাব্রৌবিগনু।

টিত ফোর টৈত হায়বদুনি।

যমুনা— মতুগীদমক্তা ওইরবদি ঐ ইশানা লাল্লে হায়না এপোলোজী তৌজরে।

রাজেন—য়াম্না নুংঙাইজরে। রা মখা তাবিরগনু (চৎকে তৌবা)

যমুনা— অদুবু করিগুম্বা অনত্তা—

রাজেন—লম্বেলদা শক খঙনদবা লৈশাবী পাখং রারী শাবসি মীনা উরগা কয়া ফজদে। অদুগা ঐ ইশান্থু কয়া পামজদে। ( চৎকে তৌবা )

যমুনা— লাল্লে হায়জরবমক্তদা হৌজিক ফাওবা শাউবা ফৎপি-দ্রিবা অসিবু য়াম্না হোট তেম্পর ওইনা, ঐগী রা অসি অমুক্তদি............।

রাজেন—তাদ্রবস্থু খঙলে। ঐস্থু য়াম্না রানা ইবেম্মগী ছাটিন অসি পীজগে লাকচরিবনি। অদুবু ইবেম্মগী কাইদানা রাহৈ অমা অনিদং ঙাওনবনি। হৌজিক্তি লৌবি-হৌরো। [ ছাটিন অদু হুনজিনবা ]

যমুনা— Thank you—.

রাজেন–Not mentioned please ( থোকখিবা )

যমুনা— করম্বা নিপানোনে।

রাধা— মাগী ছাটিন অদুদি–

যমুনা—অমুক লাক্রে অদু—(রাজেন থোরকপা যমুনা চৎকে তৌবা)

রাজেন—করিগুম্বা অমত্তা——।

যমুনা— ঐখোয়দি নুপীনি Brother দি নুপানি। মীনা করি খনখিগনি। রা মথা তাবিরগনু [ চৎকে তৌবা ]

রাজেন— অদো ঐগী—।

যমুনা— ও! খঙজরে। ছাটিনকা লৌবিদনা চৎখিববু Brother বু মাথা ক্রেক ওইবিরবরা? অমুক হল্লকখিদবা য়াই হায়দুনা য়াম্না রানা ঙাইজরমইবনি সে লৌবিখো [ হুনজিনবা ]

রাজেন—Thank you.

যমুনা— Not mentioned please [ থোকখিবা ]

রাজেন—Not mentioned please Not mentioned please. [ কুমার থোরকপা ]

কুমার— রাজেন বাবু! কনা কনানো?

রাজেন—ঐগী ছাটিন ওন্নখিবা নুপীশিং অদুনি।

কুমার— রাজেন বাবু অমদু য়াওরকপরা?

রাজেন—য়াওরকই। চৎমিন্নখিবা অমসিনি।

কুমার— য়াওরকই হায়বা [ চৎকে তৌবা ]

রাজেন—[ কুমার ফারগা ] কদাইদনো চৎখিনু। চৎখিবসি নখোয়গী পারানা হেক য়াবা নত্তে। একদম English Style ইরেজীনা রাই চাইবা জাংনি।

কুমার— Europian Style, most up to date মদুমকনি থরাইনা পাম্বা। মাগা ঐগা বোন ডান্সিং শান্নগনি। [ রাজেনবু কোনবা ]

রাজেন— হায় ........।

কুমার— I shall kiss her hundred times (রাজেন্দা চুপ্পা)

## তরা উখপা

### ( যমুনাগী থোঙ্গাল )

( লৈ-শু য়াম্না শাংলি। যমুনা লৈ হেক্ল হেক্লদুনা কনাগুম্বা মী অমা ঙাইবগী মতাগুম মমিং ইথক শক্লা উই। মোহেন্দ্র লাকপা উদুনা থোঙ্গালদা মরুম অমদা লোংলি! মোহেন্দ্র থোরকই। যমুনা করিগুম্বা পোৎ অমনা হেক থারকই। অমুক হেক লোংলি। মোহেন্দ্রনা চংকে হেক তৌবদা যমুনা তান্নরক্কুনা ফিজি হেক পাই। )

**মোহেন্দ্র**—যমুনা! নং ওইরে।

**যমুন** — ঐ নত্রবদি কনানি হায়না থল্লরিবা, ঙসাই মুমিং চপ য়ুংবদগী লৈ হেকশিন্নদুনা নংনা স্কুল কুম্মকপা ঙাইদুনা লৈরগা মিকুপ অমত্তা য়োনা লেপলমদনা, হন্না তুনা য়েংলমদনা থোঙ্গাল হেন্দোক্কুনা চংকে হেক তৌবদুদি ঐ পুম্নমক খঙজরে। ঐতনা নিংজ-রুবনি। নংনদি ঐবু করিস্নু মুংশিবা নত্তে।

**মোহেন্দ্র**—নংনা অস্নুন্না থল্লবস্নু মুমিং থা অমদি ঈশ্বরতনদি খঙলিগনি।

**যমুনা**— খরা তৌরে ঈশ্বর! খরা তৌরে মুমিং থা। ঈশ্বরনা ঐখোয় অনিগীদমক করি তৌবিরকদগে? ঐনা হায়বদি থোঙ্গাল মপাদা লেপলমত্রবস্নু ঐখোয়গী য়োমদা অমুক্তস্নু ওনশিল্লম্মদনা? য়েংথিবা মাইকৈদা অস্নুম য়েংদুনা চংপবু কনা য়েংদুনা চংলিবনো?

**মোহেন্দ্র**—যমুনা! নখোয়রোমদা মাই ওনশিল্লমলগা নংঙোন্দা

করি তোংজবা ? (যমুনা রারোবগী মাইথোংদা লৈবা) ঐনা হংলিবসি খুম্মু। নঙোন্দা করি তোংজবা ?

যমুনা— মহুদি নংগী পুক্লিংদা হংঙু। নংগী পুক্লিংনা খুম্মক-পদুনা ঐগী পাউখুমনি।

মোহেন্দ্র—ঐ পুম্নমক খংঙে। অদুবু মীগী মমিৎ চাউনবা, লৈকাই মীনোক মৈশা লাংনবা তারোইদ্রনে। অদুগী শরুকপুদি পুক্লিংগী রাদি পুক্লিংনা খঙনসি। থমোইগী রাবুদি থমোইনা খঙনসি।

যমুনা— অদুবু মোহেন্দ্র! লেংগদবা নং ঐনা লেংদ্রবদা নং ঐ অমত্তা ওইগে তাল্লকপা পুন্সিগী ইচেন্দা অপনবা থিনগাইবা পিরগদবশিংবু কনাগী মতিক লৈবগে ?

মোহেন্দ্র—চিনবানথোংগী রাহৈ নৎলমদনা মদুমক্তা পুক্লিংগী অশেংবা রা ওইরম্মবদি ঐগী আশা অসিবু কাই-হনগদবা কনাগীস্থ মতিক লৈতে।

যমুনা— অদুদি ঙসি ফাওবা ঐ অসি নংগী লেংদবনি হায়বা থাজবা ঙমদে।

মোহেন্দ্র—থাজে, থাজদবগী রা নত্তে। যমুনা অদুবু হৌজিক থাজরুরগা হয়েং তুংদা অরানবা রাখল ওইরক্তুনা মদুস্থ ঐগী ইরাইবক্লি।

যমুনা— হায়বদি——?

মোহেন্দ্র—হায়বদি অসিনি যমুনা! নংগী লমদা কনাস্থ লৈতে।

অদুবু ঐগীদি নিংবা থুংনবা হোৎনবদা ঐগী লম্বীদা ব্রারবা চাওরবা পল অনিথক লৈ।

যমুনা— হায়রিবা পল অদুবু করিনো ?

মোহেন্দ্র - অদুবু ঐনা অমুক হায়থিগদ্রা ? হৌজিকী মতমদা ঐনা লোৎপা য়ারোইদবা নমাংদা ইচাও চাওনা লৈরিবা পল অসিবু নং খঙবা ঙমদ্রা ?

যমুনা— পাখোংগী ব্রাদো খিৎ তোকলো · হেক্তা হায়দোকউবা।

মোহেন্দ্র—পল অমনা লব্রাইদা পোকপা, পল অমনা লাইরবা মচা। মরম অসিনা ঐগীদমক পুন্সি অসিমা লেপ্পিগনি হায়রবস্থ ঐনা নংবু থাজরবস্থ ঐহাক ইশানা ইশাবু থাজদে। মরম অদুনা হৌজিক ব্রাংলবা মুংঙাইরবা আশাগী চীংদোল য়ৌনা কাখৎলুরগা হয়েং মতম অমদা শুকলবা অব্রাবা লোকমুং অমদা তারক্কদরা হায়বগী চিংনবা নোংলৈ মুংশিৎ অমনা অকনবা নোংলৈগা লোয়ননা ঐগী থমোই অতিয়াদা তত্তনা শিৎলি। অদুনা যমুনা! নোক্লিংবা কোঙ্গাই ঐনা মকা লাম্না নোক্তবনি। ঙাংনিংবা কোঙ্গাই থৌনা ফনা ঙাংদবনি।

যমুনা— হঃ হঃ হঃ খনগদবা মীনদি খনদ্রগা খল্লোইদবা মীনা খনবিরিবসিবু করিগীনো ? লব্রাইদা পোকপা লাইরবস্থ ইম্ফালদা পোকপা ইনাকখুনবস্থ মীগী মী করি থেন্নবগে ?

মোহেন্দ্র- অদুবু যমুনা! পুক্লিংদদি খেন্নবা অমা লৈ।

যমুনা— পুক্নি অদু মুংশিবগী মথা পোনবনি।

মোহেন্দ্র—অদুগীস্থ মথক্তা এগীদি তোংজবনি। নংগীদি অমাংবনি।

যমুনা— রাখল অদু অরানবনি।

মোহেন্দ্র—নংনা লাল্লি হায়না লৌরবস্থ মীগী মিৎয়েংদি লান্দে।

যমুনা— করিনো হায়বিরিবা অসিবু? মুংশি মালংবনা হুমদবা মফম লৈবরা? পুন্নমক করি অমত্তা খঙজদে। এনা খঙজবা হায়ববু (খুদোপ লৌথোকপা) সে মসি লৌবিয়ু। এমক্নি খনবিয়ু।

মোহেন্দ্র—যমুনা!

যমুনা— মসি লৌবদা করিমত্তা চিংনিংঙাই লৈতে। এনা নংবু লাইরৈ হায়দুনা পীবা নত্তে। খুদোল অসিনা নংগী থাজদবা অমদি চিংনবা পুন্নমক কোকহনবা ঙমদ্রবস্থ নং এগী অমত্ত_ওইবা মতম অদু য়ৌরকত্রিবা ফাওবদি এনা নংবু মুংশি হায়বগী শাক্ষী খুদোল অসিনা ওইবিখো।

মোহেন্দ্র—নত্তে যমুনা! অহল লম্মন্না তারক খঙলকলগা নংঙোন্দা অরাবা শরুক অমদি অকাইবা কয়া লাক্কনি।

যমুনা— মদু পুন্নমক্কী দায়ী অদু এনা পুবা ঙমদ্রবদি যমুনানা মোহেন্দ্রবু মুংশি হায়বসি মীনম্বনি!

মোহেন্দ্র—যমুনা—!

যমুনা— এবু মুংশিবিরবদি রা মথা ভাবিদনা এগী খুদোল অসি পুবিখো।

মোহেন্দ্র—অদুবু ঐনদি নংবু নুংশি হায়বগী করিগুম্বা অমত্তা··· ।

যমুনা— মসিদা খুলং লমনগী য়া করিস্থু লৈতে। ঐগী খুদোল অসি লৎনবা লৈতনা লৌবিরবদি ঐবু নুংশিখী হায়না খঙজরে। ( খুদোপ শিজিনবা )

—ইশৈ—

যমুনা— "নুংশি মেনা চাকলে ঐদি
পাম্থ য়াথম্না ঙাওরে
য়াশক তুমখুন ভানজবে"

মোহেন্দ্র— "নুংশি নশুং লাংগীনি
চিন্তা পোৎলুম পুবদি
নুরা নহাক থক্নিনি"

যমুনা— "নুংশি ইপাক লাল্লমদাই
নুংশি লাইজ ইরাওথোন"

মোহেন্দ্র— "নুরা মিৎলু লাইজ ইহৌ
পাখং থমোই কাইন'রাই
ও। থম্মাল নংদি উত্রবোই"

যমুনা/মোহেন্দ্র—"খামিন্নসি নুঙাইবা যুম
চাক্লবস্থ অরাবা মৈনা

শিমিন্নশি নংগা ঐগা
থাগিন্নসি য়াইবী থরাই"

( ইশৈ লোইরমদাইদা মাধবী চংলকপা— যমুনানা রা ঙাংগে তৌবদা মাধবী উবা ! রা ঙাংঙমদনা চংগে হেক তৌবদা )

**মোহেন্দ্র**—সে ঙাইখোবা ! অা লরাই তান্না চৎকদবা ঐনদি চৎত্রগা...................... । ( মাধবী খোদেম্মকপা, মোহেন্দ্র ইকাই ইকি য়ান্নবা যমুনা চংখিবা )

**মাধবী**— থোঙ্গাল অসি রাই চাইরেদা য়েংবদা মিৎ অসি নারেদা ( চংখিবা )

---

## ৪ৰা মতাং

### লরাইগী লম্বী

( রাজেন মশা য়াম্না চোকথনা চংলকপা )

**রাজেন**— ইস থোনাও অসি থরক ২ কংখ্রে । ঙসি ঐনা ঈশিং অসুক য়াম্না থৌরাংলিবসি করিগীনো ? মখোয়গী ময়ুম য়োগদবা কয়া রাৎলিবা । ঐনা লাক্লিবা অসিবু মখোয়গী মপা হেন্দোক্লক্রবরা ?

( মতম অসিদা পঞ্চমী ঈশিং স্নাবুন অমা পায়দুনা তফিং তফিং থোরকপা )

রাজেন— করিগুম্বা অমত্তা..................হো তাবিরিবরা ?

পঞ্চমী— করি ওইরবনো ?

রাজেন— ঈশিং থুয়া অমত্তা নিজহৌগে। খৌনাও অসি কংথ্রুনা হায়জবনি। নত্তবা রাখলদা পুবিগনু। (পঞ্চমী হেন্দোক্তুনা চংকে তৌবা) চারুবা মীগী অরাম খৌরাংবা কোকহনবিরবদি মহৈদুম ওইগনি। কৈদৌবগে অমুক্তদি খৌজানবিরমউ।

পঞ্চমী— থকপিরো (ঈশিং সনাবুন অদু লৈবাক্তা থম্বা, রাজেন কিরু ২ য়েংলগা স্নাবুন থাঙ্গৎতুনা ময়াদা হৈথগে তৌবা। (খুদোং চাদবা)

রাজেন— ইস অসুক চাওবা পাত্র অসিবু মতৌ করম্না....অদুগীসু মথক্তা পাত্র অসিবু মাংলোইদ্রা ? য়ারবদি ইবেম্মনা খুৎনা হেক্তা....(রাজেনগী ইথিন্দগী পঞ্চমীনা ঈশিং হৈরগে হায়বগী আর্ট; রাজেননা খুরু খুদক কুম্বা। ঈশিং য়াবা, পঞ্চমীনা ঈশিং অদু স্নাবুন মনুংদগী মখুৎনা পিবা। রাজেননা ঈশিং থক্তুনা পঞ্চমীদা য়েংবা)

পঞ্চমী— খৌরাংবদি কোকহৌদ্রে। ঈশিংদি লৈবাক্তা........

রাজেন— O ! Sorry.—(ঈশিং থকপা) ওকচরে ইবেম্মা রানা শোক্লকপা ঈশিংবু ঐনা........।

পঞ্চমী— ঐগী লাইবক ফবনি (চংকে তৌবা)

রাজেন— ইবেম্মা ! (পঞ্চমী চপ লেপ্পা) নত্তে ঐগী রাখল অসি লাল্লমকসু য়াই।

পঞ্চমী— লাল্লবস্তু করিস্তু অকাইবা লৈতে।

রাজেন— ঙাইহাক পলহললে হায়দুনা রারোগনুকো!

পঞ্চমী— ঙসি ফাওবদা রারোবা মশক খঙজদ্রিবী ঐনি। অদু য়োনা খন্থবিরুন্নু। (চংখিবা, রাজেন হরাওনা য়েংহোবা স্বাগত)

রাজেন— ঙসি ফাওবদা রারোবা মশক খঙজদবী ঐনি। অদু য়োনা খন্থবিরুন্নু। লাইবক ফবা পলেম পখো কনাগী মচা নিঙোল ওইরিগরা? থাজনা ইকাই-খুম্নবগী মশক ওইরবা মহাক্কী চেংলো! কনা ওইরিগবা? (রাখল) মমাংঙৈদা অমুক উথিবং-শুমস্নু তৌখ্রে। অদুবু নংলমদ্রবদি............... ওইরমলবদি.................। (পঞ্চমীনা থোরকপা মাইকৈদা মোহেন্দ্র থোরকপা, রাজেনবু কৌবা ঙমদবা। মোহেন্দ্রনা লৈথোরকপদা) মোহেন্দ্র!

মোহেন্দ্র— রাজেন কদাইদা চংলুরিবনো?

রাজেন— ঐ নখোয়দা চংকে হায়দুনা লাকপনি! অদুবু নখোয়গী লৈফম কাওদুনা হঙ্গৎ হন্দা চংতুনা লৈরম্মবনি।

মোহেন্দ্র—চুম্মী নুঙাইবনা অরাববু কাওবদি মহৌশানি।

রাজেন— ওস্লোক ওস্লোকপা, মদুগী রাখল নত্তে। ঐগী পুন্সি অসিদা নখোয়গীদা লাক্লমবদি নোংমতনি। মদুস্নু কয়া কুইখ্রবনো? করম্না কাউরোইদবগে।

মোহেন্দ্র—ঐখোয়গী খোঙ্গালদি হেন্দোক্লক্রে! চৎশি য়ুমদা নিংথিনা পোৎথারুরসি।

( অনিমক থোকমিন্নখিবা )

---

## ৫বা উৎপা

মোহেন্দ্রগী মাঙ্গোল

( পঞ্চমী ইমুংদগী ৱাখল তৌদুনা থোরকই )

পঞ্চমী— কনা ওইরিগবা ঙসায়গী নিপা অদু? ঈশিং থক্কে হায়রগা ঈশিংদি থকত্রদুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা হেকমক মরৈবা মাগী মপুক্লিংদা ঐবু মশক খংবগী মতৌগুমস্তু উই। অদুগা ঐগী পুন্সি অসিদা অমুক্তং উখিবগুমস্তু তৌখ্রে সে। নত্তে ঐনা ঙসি মঙোন্দা ঈশিং পিথক্লমলিবসি লালখ্রবরা? ঐ অসিবু নিপা কোইদবী য়াম্না তৌঙবী অমগুম্না মানা লৌরমগদ্রা? পুনিংবা ৱাখলদা পুগে হায়রবস্তু পুথ্রসনু, মাগী মমায় মকন অদুদস্তু কনাগী থমোইনা ঈশিং পিথক্কবা ঙম্বা হৌনবগে? অদুবু মানা ঙাংথোরকপা ৱাহৈ খোনকমদদি ওস্থোক্লা মুংশিখ্রদকো।

সখী— ( মন্নুংদগী ) পঞ্চমী নুপীমচা !

পঞ্চমী— ( ভাদবা ) মাগী লৈফন্না কদায়দা ওইরিগবা মমিংনা করি কৌ............ ।

সখী— ( মন্নুংদগী ) নুপীমচা ।

পঞ্চমী— ইমা ( চংথিবা )

সখী— হায় নুমিং অসি খেংখ্র ! চাক-ঈশিং থোংনবা হোৎনরো । ( মোহেন্দ্র - রাজেন তুংথা-মাংথা চংলকপা )

[ মপান্দগী ] হো যন অমা চংলে (২)

মোহেন্দ্র- রাজেন ! ঐ যন অমুক্তা তাল্লুখিগে ( থোকখিবা )

সখী— নুপীমচা যন চংলে হায়রিবসি তারবরা ?

পঞ্চমী— ( ইমুংদগী ) তারে ইমা ! হৌজিক্কানগী যন অসিনা মমায় ওন্থোক্লা পানখিদ্রে ( থোরকপা রাজেনবু উবা )

রাজেন— মমায় পাল্লবদি কদায়দগী হরাইমতোন চাবা ফংগদগেদো ইবেম্মা ।

মোহেন্দ্র—( মপান্দগী ) হৈনহৈ করম্বা যননোনে ? (২)

পঞ্চমা— খংদেনে করম্বা যম্নো তানদ্রিবমখৈ চৎদ্রিবসিবু ।

রাজেন— তাল্লবদি চৎপস্থ যাই । তানস্থ তান্দনা হরাই মতোন চাগে চংলকইবা যনবু । কদায়দগী চৎকদগে ? যন অসিনা খল্লিবা হায়ববু য়ারবদি ইথোল অসিদা ... ............ । খংদ্রে ইবেম্মা মতম হায়সিস্থ লুখে্র । মায় অসি লুখমদা হেক পান্দ্রিবমখৈ নিংবা থুংদে

হায়বসি মখোং মরি পানবা শা ফাওবা খংলবারে।
মসি মতমগী চৎনবীনি। অদুগা ইবেম্মবু ধর্ম্ম ওস্নোক্লা লৈখিদ্রেদকো, ঐনা লেপ্লিবসি ফনা মকুইরে। ফমনবা ফিদা অমত্তংদি থাবিয়ুদনা ঝারি অদু চরা হেংবমথৈ কোম্না শাশি।

পঞ্চমী— ঝারি শাশি হায়দুনা অদোমদা কনানা বার্ত্তোন তৌজরবগে। চৎপিরো ফিদা থাবিনিঙাই মীগা লৈজদে।

রাজেন— হোয় থাবিনিঙাই লৈগদ্রা হায়দুনা চংজরকপনি। লৈত্রবনিনা লৈবাক্তা অস্নুম ফমজবা তারে (ফমথবা)

পঞ্চমী— হায়মা কায়দা অমনিনে।

রাজেন—করমদি তৌগনি ইবেম্মা ইরাইবক্লনি।

পঞ্চমী—ইরেম্না চৎপিহোকো। আদা ঘন তাপ্লিবসি খংলবরা, উম ঘন তানবগুম তানজররনি।

রাজেন— ইবেম্মা! লাইনা তম্বা অমা লাক্কনি। ঐখোয়দি ফমবু ফমথ্রবদি মুংগুম্বনি। হৌগৎ-লাকথৎপা য়াদে ইবেম্মা।

পঞ্চমী— হায়রিবমক্তদা য়ৌরক্লে। হৌজিক খংঙোইদ্রদো তাদ?

মোহেন্দ্র—(মপান্দগী) করি হায়বগে (চংলকপা) করিনো?

পঞ্চমী— তাদা।

মোহেন্দ্র—(লৈবাক্তা ফম্বা উদুনা) করিনো রাজেন!
লৈবাক্তা, পঞ্চমী নংগী তামোগী ফিদা অমা থাওবে
(পঞ্চমী চংথিবা)

রাজেন— ফরেদা মোহেন্দ্র!

**মোহেন্দ্র**—পঞ্চমী মোরা অমা পুথোরকউনে। (পঞ্চমী মোরা অমা পুথোরকতুনা থাবা রাজেন ফম্বা) নংনা অদুক হ'গোয়না তৌরিবা করিগীনো? নংগী তামো রাজেনবু কাওরবরা? চংলু ইমাদা রাজেন লাকই হায়রুচো! .. (পঞ্চমী চংখিবা) রাজেন। নংনা লাকপবু চুম্না কৌইথোরকপরা? নত্রগা.......... ।

**রাজেন**—নত্তে য়াম্না লুরবা রা অমা ঙাঙনিংদুনা লাকপনি।

**মোহেন্দ্র**—করি রানো রাজেন? (সখী পঞ্চমী থোরকপা)

**সখী**— ইবুংঙো রাজেন। লেংলকইবরা?

**রাজেন**— ইন্দোন

**সখী**— কুইনা উখিদবনরা করিনো শক্তা ইওন ওন্নরম্নেনা ইবুংঙো। ইমাখোয়দি অনা অয়েক লৈত্তেদনা?

**রাজেন**— থোয়দোকপা লৈতে! নত্তে ইন্দোনবু হকচাং ঙম্বীরুদবরা?

**সখী**— ইবুংঙো! ইন্দোনগী হকচাং অসিদি ইওমদা ঙমদতুনা লৈরবনি। নুপীমচা নং তাইঙোগী খুদোংকক্তা তৌরবরা?

**রাজেন**— তৌবিরুম্নু ওকচরে।

**সখী**— লাইরবা ইন্দোলগীদা লেংলকপদি করি হাগনি। ইবুংঙোখোয় মুংঙায় য়াইফবগী মতৌ তমদুনা নংগী মরুপ অসিনা লাইরিক্তা হোৎনদুনা ইমুংগী লৈত-লাইরগী মরমদা করি অমত্তা য়েংশিনখিদ্রবনিদো।

ইন্দোয়া হকচাং কল্লিঙৈদদি করম্মী। পাঙলনা কল্লকত্রবা অসিদদি করিনো হায়কম থংত্রে——।

রাজেন— লাইরিক তম্বগী থরচতি—।

সখী— থরচতি চংদে। মহাক্লা মকোক ওই হায়দুনা থা খুদিংগী লুপা থরা ২ কংজরিবনিনা........। অদুবু মাগী লাইরিক্লচিংবা লৈবদা হেক্তা মরোইথি।

রাজেন— অদুদি লাইরিক তম্বদা থোইদোকপা অকাইবা লৈতেদনা।

সখী— অদুবু ইবুংঙো লাইরিক তম্বদা শেল চংত্রবস্থ চরা হেন্দুনা লাইরিক তম্বদি য়াদেদো। ইন্দোয়া কল্লিঙৈদদি মথরাইনা পাম্মী হায়দুনা য়া মচেৎ অমত্তা ফাওবা ঙাংলমদবনি। অবস্থানা য়ারকত্রবদি করগদি তৌনি। লৌ-শিং লৈদুনা ঙা থুমদা রাৎলি হায়বস্থ নত্তে। ইমুং অসিদা অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তনি।

রাজেন – মোহেন্দ্র! Class তি কদায় য়োরে। (পকমীনা হিদাক পুথোরকতুনা পীবা)

মোহেন্দ্র—রাজেন! লাইরবা মচা ওইবনা য়াহৌ থরা থেংথিবনা ক্লাস IX দা ময়োরি। ইস্কাল তায়া হজ্জৎ-হন্দা লাইরিক তম্বা চৎপদা খুদোং চাদবনে। লৈত-লাইরগীবু থনবদা রাজেন লাইরিক তম্বসি তোক্লশিন্না থরেদা!

রাজেন— অদুবু মোহেন্দ্র! ঐনা হায়গদৌরিবা রা অসি নংগী লাইরিক তম্বগী লম্বীদা য়েখ্নাই থিংগাইবা ওইরবসু করি লৈবগে হায়বদু অমুক্তদি রাখল তৌ। ঐনা ওসি নখোইগীদা লাকপসি মরম অসিগীদমক্তনি।

মোহেন্দ্র—করি রানো? (পঞ্চমী থোংজিন মরুমদা তাবা)

রাজেন— ঐগী দুকান অদু মী অমগা ঐগা পুবদু থবক পুবা ওমদ্রে। খা থা খুদিংদা লুপা ১০০/১০০ লৌ। দুকান অদু ঐখোই অহুম পুমিন্নশি হায়গে লাকপনি।

মোহেন্দ্র—রাজেন অদুদি ঐগী লাইবক ফবা রানি। অদুবু ঐনা আদা দুকানগী থবক তৌদুনা লৈরগা য়ুম অসিদা ইমাগা পঞ্চমীগা মুপী ওাক্তা..............।

রাজেন— মতুংগীদমক নং করি অমত্তা চিংনগনু। ঐখোয়গী ইখোলদা মী লৈনদবা অহাংবা য়ুম অমসু লৈ। মদুদা ঐখোয় ময়াম পুল্লপ লৈবা য়াগনি।

সখী— অদুদা ইবুঙো হয়েং তুংদা ইমাখোয়না অমুক......।

রাজেন— ইন্দোন! ইমানা করিনু হায়গদগে? ইখোল অদুক চাওখ্রবা অদু ইমাগা ঐহাক্তা নিপা অমত্তগা লৈমিরবনি। ইখোল অদুদা ময়াম পুল্লপ লৈমিন্ন-নগা ইমাবদুম হেন্না হরাওগনি। অদুগীসু মথক্তা ঐনা তৌবা থবক্তদি ইমানা করি অমত্তা হায়রোই। ইন্দোলনা করি হায়রিরিবা?

সখী— নংগী মরুপকা ফননবা অদুম ওাংনহোরো (চংথিবা)

রাজেন— ঐনা হায়রিবসে থাঔনেংবনি। নহাক্না করি হায়রিবা ?

মোহেন্দ্র—নঙোন্দবু অকাইবা লৈত্রবদি ঐগীদি করিস্থু বেয়া লৈতে।

রাজেন—অদুদি মশেম অসি মুমিৎস্থু যাম্মা ফরে। অতুনা য়ুমশকৈশা মুমিৎ অসিদা লাকও। লৈফম চাকম কমুং-ফামুংগীদমক্তা নহাক করি অমত্তা ল্যাংলকনু। ঐনা পুন্নমক শিল্লমগনি।

পঞ্চমী— তাদ হিদাক অমুক ..........।

মোহেন্দ্র—রাজেন হিদাক অসি.........।

রাজেন— মোহেন্দ্র! ওক্লে তৌরুরমু। ঈশিং থরা থকে। ঙশাই লম্বেলদা মী অমদগী ঈশিং থকহৌববু— নথোয় খাইগী ঈশিং অসিদি ওম্বোক্না ইংখে।

মোহেন্দ্র - পঞ্চমী !

পঞ্চমী— তাদ।

মোহেন্দ্র— নং তাগোগী ঈশিং গ্লাস অমা পুরকউ। অতুগা ইকুংগীস্থু ঈশিং গ্লাস অমগা পুথোরকউ। (পঞ্চমী চংখিবা) রাজেন ঙসিদি ঐথোয়দা চাক চারগা হনখ্রে হায়ববু হন্জোইগদ্রা ?

রাজেন— হন্জোইরবদি নং ঐ মরুপ নত্তেদকা (পঞ্চমী ঈশিং গ্লাস অনি পুদুনা থোরকপা। মোহেন্দ্রদা অমা পীবা রাজেনদা অমা পীবা)

মোহেন্দ্র—পঞ্চমী। নং তামোগী চাকস্থু হাপ্লু।

পঞ্চমী— হোই। (থোং মরুমদা লৈবা) চাক্তি কনানা ... ?

যোহেন্দ্র—নংনা হেক্তা থোংগদবনি।

রাজেন— ঙসাই অম্বীদগী থরুকপা অদুদি কদায়দগীনো থংদ-
দুনা কয়াবু হাওতে। হৌজিক থকপা অসিদি
নখোয়গী চাখুমগীনি হায়বা অরেপ্পা থংলবসিদদি
থরাই তারেদো! খোয়দৌ অসি হেক তারেদো।

যোহেন্দ্র—লোক্কী ঈশিং ওইবননি। অদুনা অস্তুক হেন্না
ইংবনি।

রাজেন— অদুনা ওইরমাল্লে (রাজেন পঞ্চমী নোকপা)

---

## ৬বা উৎপা

### রাজেনগী যুম

(মুহিনী খা চপল চপলদুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা লৈরমই, কুমারস্থ মচিন্দা মুরুম ২ শোল্লদুনা হিসাব বই শুদুনা লৈরমই)

মোহিনী—করি অমত্তা থংদবনে, করি অমত্তা থংদবা। ইন্দোলদি
য়েংবদা মিৎ অসি নাররনি।

কুমার— থংদ্রে ইন্দোল ইরেম্মা। থাদা লুপা ১০০ পিরবদি
I.A. B A. অমবুস্থ ওইহনবা য়াই।.. অদুদি মরুদুনা

মেট্রিক ফাওবা পাস তৌত্রিবা লৈবাক্কী চৎনলোনস্থ করিমত্তা খঙত্রিবা ওম্বোকপা লরাই মুপা অমবু অস্থক চাউরবা কারবারগী হিসাব শুনবা থম্মুরিবা অসিবু ঐখোয়গী য়াজেন বাবুসিবু ঙাওরবরা করিনো ?

মহিনী ইবুঙো! মশাগী ওইজবা কান্নবা করি অমত্তা খঙত্রবনে। মাগীদমক্তা পোকপা মচানে। ইন্দোলনা লোম্না থুগ্না ইঙ্গিৎ ইরাংনা কম্বারক খঙহল্লে। মদুবু তানা ২ তাশিন্নদরা উনা ২ উশিন্নদবনে। দুকানগী হিসাব শুবা মী অদুস্থ মানা পামজবা লরাই মুপা অসিবু ওইহনবদা ইন্দোলনা করিস্থ বেরা লৈতবনে। মসিদা মমা মচন ইমুং হুপ্পা লৈহন্দুনা থাকপিরিবা অসিবু করিগীনো ? মসিদা ইন্দোলগী ওকপা হায়বস্থ লোইরে।

কুমার— থা থাদা লুপা ১০০ স্থ তলব পীবা, অদুগীস্থ মথক্তা চাবস্থ থাকপা, মখোয়গী মথি মকুমস্থ পুবা হঃ হঃ ইন্দোল ইবেম্মাখোয়দি তোংজয়বনে।

মহিনী— ইবুংঙো ফুৎতুনা পোকপা মচানি। ইন্দোলদি শিনিংলবনে।

কুমার— ইন্দোল ইবেম্মা। ঐনা শেল য়াম্না কংনিংলুবগী রাস্থ নত্তে। খুড়াইঙো লৈরিঙৈদগী হোত্নুনা থবক তৌজরক্লবা— থবকী মরমদস্থ মঙোন্দগী হেন্না খঙলবা ঐবুনা থাদা লুপা ৬০ অদুগা থবকস্থ করিস্থ খঙদবা ইনৌ নৌনা চংলকপা লরাই মুপাদনা

খা থাগী লুপা ১০০।১০০ পিবসিদা ঐগী পুক্লিং অসিসু য়াম্না মুংশিন্নবনি। কনায়নো কনায়নো হায়দুনা অসুম মরৈরবনি। ইন্দোল ইবেম্মা! থবক অসিদা পংকুই কুইবগী আশাসু উত্রে।

মহিনো— কুমার! ফজবা রাহৈনা ইরেম্মা হায়রিঙৈ অসিদা মনাদা হাপত্রবদি— ঐগী মচিং অদু লাক্লবদি অরোনবা অথুপ্পা লৈতনা ঐগী কখি শিজিন্নরকলবদি মীগী মমাংদা মাগী মমায় থিগনি। অদুগা ঐবুসু য়াম্না ঙাংগনবা ফত্তবা তাদুনা তোকনি। অদুগা ইবুঙো! মুপী নহা থিদুনা য়ুম পানবগী আশাসু লৈতেদো। অসিগুম্বা কান্নদবা থবক ঙাক্তা তৌদুনা লৈরবনে। য়ুম পানবগী রা হায়রুরবদি মুপী শিখি-রোই হেক্তা মহায়বা। মশানা পুশিল্লকউ হায়রবসু য়াদে। অদুগা ঐনা পাম্বা লৌশি হায়রবসু য়াদে।

কুমার— আ— ইন্দোল ইবেম্মনা পাম্বীরিববু কনানোনে?

মহিনী— কোইজম মাধবীগী মচা নিংঙোল যমুনা হায়বী অদু নংগী মরুপ রাজেনগীদমক মী অমবু পাও থগুহনখি। পাউ অদু ফংলগা হায়বা চৎকদৌরিবনি।

কুমার— কোইজম মাধবী হায়বদি............?

মহিনী— হেরা শগোলবন্দগী মৈনো লৈরক্তা থোঙ্গাল চাওনা ফাৎপা লৈ-সু য়াম্না হোয়া য়াম্না নানবা ইমুং অদুনিনে।

কুমার— ও! খওকরে ২ সুপীমচা অদুগী মমিংদি ঙসিদা ভারিবা অসি মঙাই। মদুদি মশক মতৌদি মফজৈ। রাজেন বাবুগী লৌবদা মতিক ............

(মতম অসিদা রাজেন চংলকপা)

রাজেন— কুমার!

কুমার— বাবু!

রাজেন— নংনা খুদক চম্বক থা ১।২ অসি দুকানগী থবক্তা ইরেং য়েংশিন্দদুনা নৌনা চংলকপা মথোং মরম ইখং খংবিরবা মোহেন্দ্র মতোমতা থাদোকইবসি করিগীনো? নংদি দুকানগী থবক তৌবা কুইরবনি। নংনা খরা তাক-খে'ংদুনা তৌরবদি ........।

কুমার— বাবু! থাদা লুপা ৬০, ফংবা ঐনা থাদা লুপা ১০০ ফংবা ইথক্তা লৈবা মীবু তাকপা ঙম্বা হৌনবরা?

রাজেন— করিনো কুমার নংনা হায়রিবা অসিবু.........?

কুমার ঐনা হায়জবদি অসিনি বাবু। থবক্তা অথওবা অংবা শারুরগা মপুক্কিংদা রারোথিগনা হায়জবনি।

রাজেন— কুমার। নংগী রাখল অদু অরানবনি। মোহেন্দ্র হায়বা লুপা অসি লল্লাইদা পোকপা ওইরবস্থ অদু য়েৌনা পুকচেল শিকপা মী নত্তে। ইশম শল্লা হায়রবদা মাবু ঐনা মাবু মরুপ অমা ওইবদা মতিক চাবা মী অমনি হায়দুনা তিন্নরিবনি। নংনা পুন্নিবা নত্তবা রাখল পুন্নমক অদু থাদোকতুনা অমত্তা ওইনা দুকানগী থবক্তা তাথোক তাশিন তৌগে। (মহিক্লীদা) ইমা—!

মহিনী— করি হায়বগে ?

রাজেন— ইমা ! মোহেন্দ্রখোয়গী ফিরেপ অমা চাত্রিবা ফাওবদি থা ৪৫ দংগীগা চানবা ফৌ পিবা তারি !

মহিনী— করি হায়বা রাজেন ! থা ৪।৫ গী চাবা ওরুবা ফৌ পিখো হায়বা ? ইস ইমাইপেমা ! থা ১।২স্থ থারুরুবা অদুদগীস্থ মথক্তা থা ৪।৫ গী অগস্থ— নত্তে ইবুঙো নংনা খল্লিববো, ঐখোয়গী কোত্তা ফৌ খজিক্তং লৈরিবা অসিবু কুবেরগী লম্নি খল্লিবরা ? চাবদা ময়েং তারোই নিংলবরা ?

রাজেন— হঃ হঃ হঃ অদু য়োনা খগ্গুরুবগী করি কান্নগদগে ইমা ।

মহিনা— ঐগী রাখল অসিনা কান্নদবা ওইরবদি মখোয়বু অমুক তোপ্পা থমদ্রবস্থ ইমুং অসিদা লৈহল্লরো ? চাকথুমস্থ পুল্লো ।

রাজেন— করিনোনে ইমানা হারিবা রা অসিবো ?

মহিনী— এ ! ইমানা হায়বদি অসিনি। মখোয়বু পুন্সি চুপ্পা থাকপা তারবদি য়ুম চাখুম তোংঙাল্লুবগী করি কান্নবা লৈবগে ? চাখুম পুল্লবদি খরচস্থ চাওদ্রেদনা। করিনে নে য়ুম্বানবগী রাখলদি ইভৌ তোত্রদনা। মরুপনি হায়দুনস্থ নশাগী কান্নবদি য়েংদ্রদুনা মীরেম ঙাক্তা বুমদা হেক থমদুনা.......... ।

( মতম অসিদা মোহেন্দ্র চংলকপা )

রাজেন— ইমা ! অদুগীস্থ মথক্তা থাজেশংনা হায়রুরবদি মরুপকী সুংশিনবগী য়ুথলনা ইশাগী ওইজবা কান্নবা পুন্নমক রাখলগী রাংমদা থমখ্রেনে ইমা ।

মোহিনী কল্পিনো মসিনা হায়রজবা শাল্পিবা অসিবু। সুঙাই য়াইফল্পিঙৈদবু মরুপ লৈবনে। ল্পারবা নংলবা মতমদা ননাক্তা কনা উবা ফ'দবনে!

মোহেন্দ্র - চুমই ইমা! অদুবু শাশিন্নবা মরুপকী মফমদদি খেন্নরম্বা য়াই। অশেংবা মরুপ অনিগী মফমদদি অরাবা, সুঙাইবা অনিদা কল্পি অমত্তা খেন্নবা' লৈতে। সুঙায়ল্পিঙৈদসু মরুপ। ল্পারবা নংলবা মতমদসু মরুপ অঙ্কাগী অঙ্কানিনে ইমা!

রাজেন— নত্তে ২ মোহেন্দ্র। নং নত্তবা ল্পাখল তৌদুনা ঐর় ইকাইবা পীগনু। মদু অরানবা ল্পাখলনি। ইমানা কুমারবু চুকান্দা চংতে হায়দুনা ঙাংবদা ঐনা কুমারগী মীচং চংই হায়দুনা ইমামা ঐঙোন্দা ঙাংই। নং শেরাম্নবা ল্পাখল খনগনু মোহেন্দ্র।

মোহেন্দ্র—রাজেন ঐদি পুকন্নুংদা নত্তবা সেরাম্নবা ল্পাখল অমত্তা খনদে। অদুগা হৌজিকসু ঐদি অকাইবা থোইদোকপা হায়খিদেনা? ইমানা কুমারদবু ঙাংলবসু ঐঙোন্দবু ঙাংলবসু নংগী ফননবা ঙাংবনি। মরুপকী ফনবা ইমানা ঙাংবদা ঐনা কল্পিগী নত্তবা ল্পাখল খন দগে। ঐনা ল্পাহৈ খল্পদং হায়বা অদু ঐদি ইচম চম্না হায়বনি। পুকন্নুংদা কল্পি অমত্তা অমাংবা লৈতে। অদুনা নংসু কল্পি অমত্তা চি নগন্থ রাজেন!

রাজেন— নত্তে মোহেন্দ্র! নংনা লাকপবু চুম্না লাকপল্পা নত্রগা কল্পি খবকীনো?

মোহেন্দ্র—ঐ কুমারবু খিরকপনি । মন্নাংঙৈগী হিসাবস্তু মোৎলমলে । মদুগী কুমারগা খন্না তান্নগদবা লৈরদুনা.......... ।

রাজেন – কুমার ! হায়রিবসে তারেদনা ? নং চুকান্দা চৎলো ।

কুমার— হোয় ! ( মহিনীগা লোইননা পোকখিবা )

মোহেন্দ্র—অদুদি ঐস্তু.......... ।

রাজেন— নত্তে মোহেন্দ্র ! নংগা ঐগা থোকমিন্নখিশি । মোহেন্দ্র ঐ ঙসি নংঙোন্দা রা অমা হংগে ।

মোহেন্দ্র – করি রানো হংউ ।

রাজেন— নংনা মুসিদাংরাই হেলোয়না পুবগুম হেক হেক মাংল্লিবসি কদায়দনো ?

মোহেন্দ্র—হঃ হঃ হঃ মদুবু পাখং অমদা পাখং অমনা হংবদা মতিক চাবা রাহংনি হায়না হংবিরিবরা ? ঐনা খঙ্গবদি মসিগী রাহং অসিদি উইথদ্রো তৌথোক-পিবনা চুমগদ্রা হায়না খনজেদা – ।

রাজেন – হায়বদি— ?

মোহেন্দ্র— হায়বদি রাজেন বাবুগী Question অদুদি Answer লৈতবা রাহংনি । .

রাজেন— করম্না— Why ?

মোহেন্দ্র—হায়বদি.......নত্তেদা রাজেন বাবু Why হায়বা রাহৈ অদুস্তু উইথদ্রো তৌথোকপিয়ুদা ।

রাজেন— ফরেনে, নংনা মুসিদাংরাই হেলোয়না পুবগুম মা বা অদুগী মরম হায়দোক্লিংঙ্ব্রবস্তু তোকলো ।

অদুবু নংগী শকথংদবী অদুবু কনানো? ঐকুন্থ অমুক্তা খংহল্লুদনা।

মোহেন্দ্র—অদুস্থ Samething, হায়গী য়াহং অদুগা চপ মায়ে। নংনা হায়বা শকথওদবী অদুবু শক থওন-নবা তাকতুনা মাগী গমিং মথা হায়দোকলুরগা হয়েং তুংদা মহাক ঐহাকী লাইবক্তা তন্নরমত্রবদি, ঐদি মুপানি অদুগা মাদি মুপীনি, মাগী কয়াদা অমাওবা লৈখ্রবনো। অদুনা হৌজিক অমুক হায়দ্রবস্থ হয়েং থবক্লা অদুম মরুপকী মফমদা তাকচরগেনে—করি হায়বগে?

রাজেন— হোইনে ২ ঐদা নংগী নফমদা অমুক ওৎপা তৌজ-রয়োই। চৎত চৎলশি (চৎকে তৌবা) ঙাইখো মোহেন, য়া অমা নঙোন্দা হায়গদবা লৈরে।

মোহেন্দ্র— করি য়ানো?

রাজেন— ঙসাই ঐনা য়ুমদা চংলকপদা ইমাগা কুমারগা ঐগী মুপী থিবগী মরমদা য়া থরা ঙাংনরমই— অদুনা নং ইমাদা য়া থরা হায়বিয়ু।

মোহেন্দ্র—করি য়ানো?

রাজেন— য়াজেনদি য়ুম পানথিরোই, মুপী নহাকা হায়রু-খোৎলুম্থ চোপতুনা তোকচরি অস্থন্না ঐনা হায় হায়দুনা নংনা ইমাদা থরা হায়বিয়ু।

মোহেন্দ্র— য়াজেন, ঐবুদি হায়গে, অদুবু অহানবদা অস্থন্না হায়-দোকলুরগা মমৈথংদা অমুক লুহোংবিংলকতুনা মী

য়াম্না খুদক খুদক্তা চোপ্পা, নংবা য়াম্না য়াওরেকো।

রাজেন— কান্নদবা রানি, নংদা হায়নীয়ু।

মোহেন্দ্র—অদুবু রাজেন মমৈথংদা লম্বোইবনা শমজেং নিংশিং-
লকপা, তারকতুনা।

রাজেন— হোয়নে ২ লম্বোইবনা শমজেং নিংশিংবা অদু ঐ
ওইজরগে— অদুবু ঐদি ঙসি ফাওবা হেলোয়না
পুবগুম্না মুমিদাংরাইরমদা চিকথাং মাংদ্রিনে——
হঃ—হঃ - হঃ - হঃ —

( নোকতুনা থোকখিবা )

লাইট্।

---

## পঞ্চম উপা

মোহেন্দ্রগী ময়ুম রাজেনগীদা তাংবা

( পঞ্চমী রাখল তৌদুনা ইমুংদগী থোরকই )

পঞ্চমী— মহাক্না মুমিংচুপ্পা অরেপ্পা পীরো, অওইবা হায়রো
হায়না তত্তনা হংলি। ঐনা করি অরেপ্পা পীগনি ?
ঐদি লরাই নিঙোল লাইরবীনি। ভাইহাক্কী মিংকী
কুম্মৈ ওইরমতুনা মমৈথংদা পুক্কিংবু অরাবা পীবা
তারগদ্রা ? অদু............... ।

( সখি মশা ঙমদতুনা মপুক নমজন্দদগী চংলকপা )

সখি - পঞ্চমী ! অয়ুক্তগী নংগী তাদনা চুকান্দগী হল্লক্লিবসি করি তৌরবনো ?

পঞ্চমী — তাগো রাজেনখোইদদি হংলুরবরা ?

সখি — হংলুরে লৈহোদে। রাজেনসু চাক চারগা ফিরোন শেগুনা কোয়খোকখে হায়। করি তৌখ্রবনো ? কদাই তান্না চংশ্রবনো ? সুমিৎ তাগদোরবা কাওবা হল্লকত্রিবসিবো।

পঞ্চমী — কদাইদবু চংলমগদগে ? থবক চিন্দুনা চুকান থাদোকপা য়াদতুনা লাক্তবা ওইরিগনি।

সখি— অদুবু অয়ুক ঙন্তাদগী চংখিববু — ।

পঞ্চমী — চুকান্দা শোয়দনা লেরমগনি।

সখি — অদুদি নংবু হল্লক্লগা মাগী চান থরুবা অদু নং খরা হোৎনহৌ, ইমাদি হকচাং অসি মহৌশা ঙমদবদগী ঙসিনা য়াম্না ঙমখিদরে, ইমা ওক্রমগী তাদা মধু অদু ঙাহাক্তা কোরুখিগে। নহাক নবুংগী চাক ঈশিং-গসু খরা নিংখিজনা তৌরম্মুকো। ইমা চংলে।

[ থোকখিবা ]

পঞ্চমী— মহাকপু কাউগে হোংনরুবনা পুক্লিং অসিদা থোইনা হেন্না নিংশিংকম ওইরে; [ মতম অসিদা রাজেন চংলক্লুনা লোন্না তাবা ] ঐনা মাবু কয়াগী মতিক মুংশিবগে হায়বদুদি ঈশ্বরতনদি খঙলিগনি। অদুবু পুক্লিং অসিদা চিংনবা অমদি থাজদবা অমা পোকলিবসিবু....।

রাজেন— মত্থু করিগীনো পঞ্চমী। [ পঞ্চমী ইমুংদা চংগে তৌবা ]
ঙাইখো পঞ্চমী।

পঞ্চমী— ফিদা— [ চংদুনা ফিদা লৌথোক্তুনা থাবা ]

রাজেন— পঞ্চমী। ঙসি অসিদি ঐগী ওম্থোক্লা লাইবক ফবা
মুমিং অমনি। হায়বদি ঙসি কোবা মুমিং অসিদগী
হৌদুনা চিংনবা থাজদবগী য়ুখল অদু থাদোকখ্রে।
পুক্নিং অসি নৈতাবা ফংজরে।

পঞ্চমী— অদুদা হায়জনিংবা রাহে থর অসি ফোংদোকচবদা
পুক্নিংদা শাউবীবা অমদি রারোবীবা নৈতনা রাথল
তৌবিগনি নিংজৈ।

রাজেন— করি রানো হায়রু শাওবা অমদি রারোবদি থম্মু
থমখো মতম পুম্নমক্তা ঐগীদি হায়জবা নোনজবনা
ইথোনি। পঞ্চমী! নপুক্নিংদা চিংনরিবা রাথল পুম্নমক
অদু মুংশিবগী মথা পোনবনি!

পঞ্চমী— তাকপিরিবদু অচুম্বনি! চিংনবা থাজদবগী রাথলদি
থাপ্নবু থম্বীখো। ঐবু মুংশিবিরবদি ঐগীদি......।

রাজেন— ঐগীদি—অদুগী মথা?

পঞ্চমী— লাইবক ফবনি [ চংগে তৌবা ]

রাজেন— পঞ্চমী!

পঞ্চমী— হিদাক...... [ চংখিবা ]

রাজেন— লাইবক ফবা, লাইবক ফবা ঙসিমু থাঙমদ্রবা
মাগী মিচিগী তেন......। হঃ হঃ হঃ [ পঞ্চমী হিদাক
হান্দুনা পুথোরকপা ]

পঞ্চমী। লাইবক ফবনি অদুগী মথা.......।

**পঞ্চমী**— ভুংগী মুংঙাইবা আশাগী য়ুম শাদুনা পুক্লিংবু মুংঙাইহনবা ঙমদে।

**রাজেন**— মতম অমদা অরাবা মৈনা চাক্লনি অসিরা? হঃ হঃ হঃ পঞ্চমী নংনা ঐবুদি ঙসি ফাওবদা থাজবা ঙমদে, অদুগা পঞ্চমী। ঐনা খনবা অমদি............।

**পঞ্চমা**— করম্বা আশা...........?

**রাজেন**— নংনা ঐবু থাজদ্রবদি ঐগী আশা অসিসু অরেম্বনি।

**রাজেন**— পঞ্চমী

**পঞ্চমী**— থাজদবা হায়বা পোৎশক অদু ঐগীদি য়েক্লবনি। হায়বিরো করম্বা আশা .....।

**রাজেন**— ঐগী আশাদি নং ঐ অমত্তা ওইরবা মতমদা অঙাং অমগী মিকপথোক্না ইমুংগদু পুমনিন নিনগনিদো অদুগী মতুংদা নং ঐ চংদুনা অঙাং অদুদা (লাই ফদিবী পুথোকতুনা) অসি পীগনি। মহাক্না মসি পায়দুনা শান্নগনি।

**পঞ্চমী**— হায়মা! (শখি চঙলকপা)

**রাজেন**— মসি ওইবা য়াদবা রায়নে?

**সখা**— করিনোনে রাজেন?

**রাজেন**— আ-ইন্দোল পঞ্চমীগী করিগুম্বা অমত্তা পুরকপনি। সে পঞ্চমী (পীবা লোবা)

**সখী**— হিঃ ইমাইপেম্মা লৈশাবী কারগা লাইফদিবী শান্নগে হায়রিবরা (পঞ্চমী চংখিবা)

রাজেন—নত্তে ইন্দোলবু কদাইদা চৎপিরুরিবনো ?

সখি— ইন্দোলগী হকচাং অসি নোংমা নোংমগী অসুম শোনবা হেনজিল্লক্লে অদুগা ঙরাংদগীসু খিরুম খিরুম তৌই। ওক্রমগী তাদা মধু অদু ঙাঙহাক্তা য়েংহনগে হায়দুনা কোগে চৎলুবনি অদুবু উনরক্তে।

রাজেন—[ সখিগী মশা পায়দুনা য়েংলগা ] ইন্দোলগী সিদি লাইহৌ তোগদোরে, নিংথিনা পোত্থাবিরুরো ঐ ডাক্তর অমত্তা কৌজরুগে।

সখি— ইবুঙো ডাক্তর তৌদ্রবসু মরাইনা ফজখিগনি করিসু তৌরোইদা।

রাজেন— মোহেন্দ্রদি ? [ পঞ্চমী থোং ময়াদা লৈবা ]

সখি — ঙসি অয়ুক দুকান্দা চৎখিবদগী হল্লক্তি, মহাক কদাইদা চৎখিবগে হায়বা অদো হংগে লৈরমলিবনি।

রাজেন— হৌজিক ফাওবদি দুকান্দা লৈফম থোক্তেনা, কদাইদা চৎখিবনো ? ইন্দোল হকচাং ঙমদে হায়বা খংনা খংনা ডাক্তর অমা কৌ থোৎতুনা লাইয়েংবীগে হায়দ্রদুনা য়ুমদা হনজিল্লক্তবা মখৈ কদায়দা কোয়রিবা, ইন্দোল নিংথিনা পোত্থাবিরমউ ফিগা থাদোকপিগনু ঐ ডাক্তর কৌজরুখিগে, অদুগা মোহেন্দ্রসু থিজরক্কে।

সখি— ইবুঙো ডাক্তরগীগি কৌরুদ্রবসু য়াগনি নংগী মরুপ অদুনা অয়ুক্তগী হনজিল্লক্তবা অদুদা ইন্দোলবু মুংশা। য়াম্না থিরে মহাকপু খরা থিজিনবিরমউ।

রাজেন — মাবুদি ঐনা শোয়দনা ফংননবা খিজরক্কনি করি

অমত্তা নুংশা থিবিগনু, চৎচরগে, পঞ্চমী ঐহাক চৎলগে। [ থোকখিবা ]

সখী— নংগী মরুপ অদুদা থগ্না থূনা থাবিরকউ। [ ইমুংদা চংখিবা পঞ্চমী থোরকপা, রাজেন্দ্র চংখিবা মাইকৈদা য়েংলুরগা ]

## ইশৈ :

পঞ্চমী— "নুংশি মপাও নুংঙোনবদো
চিক্লা লোন্না তমলরে
তপ্পা তপ্পা নাপদা"
"পুক্লিং অসি লৈতাদরে
তুম্বা হিপ্পা চংদরে
ৱাথন্না থোয়দাদরে"
"নুংশি মাগী লিচিংনা
পূক্লিং অসি চিংখরে
ওঃ ৱাথন্না খোইদাদরে"

পঞ্চমী—[ লাইফদিবীদা য়েংলগা ] অঙাং অদুদা মস্নি পীগনি। অঙাং অদুনা মসি পায়দুনা শান্নগনি। [ লাই-ফদিবীদা চুপ্পা ]

---

## অন্না ভপা

### কলেজ ষ্ট্রিট

ঙুমিদাংব্রাইরম।

[ মোহেন্দ্র রাখল তৌদুনা থোরকপা ]

**মোহেন্দ্র**—হিসাবতস্থ থোইদোকপা অকায়বা লৈতেসে, অদুবু ঙসি লুপা ৫০ চেন্নরিবসি করম হায়না চেন্নরিবনো ? পোৎ য়োনখিবদা এশা ভুল তৌদুনা শেল লৌ-লৌদবস্থ য়াওদে। লুপা ৫০ অসি কনানা হৌখিবনো ?

[ যমুনা থোরকপা উশিন্নদবা হেন্দোক্তুনা চৎকে তৌবা ]

যমুনা কদায়দা ?

**যমুনা**— কদায়দা চৎলুগদগে ? থবক তৌখ্রবনি হায়দুনা এখোয়রোমদগা ইরাক লাকখিব্রবা অদুদা উজবা লাকচবা ফংগদ্রা হায়দুনা ইকাই খণ্ডদবী ওইদুনা অস্থম........।

**মোহেন্দ্র**-- রাহৈশিং অদুনা অচুম্বা ওইরবদি এগুম্না লাইবক ফবা অসিবু কদায়দা লৈরমগদগে ?

**যমুনা**— মহেন্দ্র !

**মোহেন্দ্র**—করিনো হায়য়ু ?

**যমুনা**— এবু অহল-লমলনা থাজ য়োনজনি হায়বা পাউ জমা ঙরাং হায়ফেৎ তায়।

**মোহেন্দ্র**— থাজ য়োনজবা ? কনাদা ? যদুনা কনাদনো হায়বদো নহাক মীশক খণ্ডলবরা।

যমুনা— মীশকস্থ খঙদ্রি চুম্না হায়নবতনি। শ্রৈবু থাজগদৌরিবা মীশক অসিনা মহাক অদু ওইরবা থোক্লবদি ···।

মোহেন্দ্র—কমা ?

যমুনা— [ মোহেন্দ্রদা য়েংলগা ] কনাদা ওইগদগে ?

মোহেন্দ্র- হঃ হঃ হঃ যমুনা মদুক লাইবক ফবা রা অদুদি মঙদস্থ থোক্লরোই।

যমুনা— মোহেন্দ্র ! নপুক্লিংদা চিংনবা অমদি থাজদবা লৈগনু। ঐনা নংগীদমক্তা লৈপলিঙৈদা অহল লমলনা কনাদস্থ থাজবা ঙমগদগে, ঙসি অসি থাশিনি পানথংলকপা ১০ নি পানবদা ঐখোয়গী অদুরায়দা লৈশাবী অমা লুহোংগদৌরি। মদুগী লৈ থিবা চংপদা নংগা ঐগা উন্নসি মদুদা অরেপ্পা রা খঙনসি।

মোহেন্দ্র—নহালমখৈ নংগা ঐগা ঙাঙনরিবা রা অসিদি অরেপ্পা রা অমত্তা নত্রবরা ?

যমুনা— ওস্থোক্লা পঙখ্রদকো অরেপ্পা রা হায়বদি·······।

মোহেন্দ্র—মখা·········।

যমুনা— অমদা লুহোংথিদনবা [ মিৎচিনা থারমলগা চেনথিবা ]

মোহেন্দ্র—চেনবা ! ( মোহেন্দ্র য়েংদুনা লৈহৌবা, রাজেন শাউনা থোরকপা )

রাজেন— মোহেন্দ্র ! নংগা হৌজিক রারী শারম্বদো কনানো ?

মোহেন্দ্র—মীনি।

রাজেন— ও ! নংনা হৌজিক মফম অসিদা মীগা রারী শাদুনা নিংঙায়দনা লৈথোকলি।

মোহেন্দ্র - নংঙোন্দা অকায়বা লৈরব্রা ?

রাজেন— লৈতে, করি অমত্তা লৈতে, অত্থুবু মোহেন্দ্র ঐনা নংবু মী অমা ওইনা থন্দে মীগী লিচৎ নত্তে হৌনবা করি অমত্তা থঙদে নশাগী সুঙায়নবতা থল্লি।

মোহেন্দ্র—রাজেন ঐ অসি লাইরবনি, নংগী নকাদা থবক তৌবনি হায়দুনা নংগী লুপা ৫০ মাঙখিবগীদমক মী অমনা মী অমদা অদুগুম্বা খোল শিজিন্নগনি হায়বা অসি লরায়দা পোকপা মচা অমা ওইরবসু মদো ঐ চপ চানা খঙই রাজেন।

রাজেন— ( শাউনা ) মোহেন্দ্র !

মোহেন্দ্র—( শাউনা ) রাজেন ঐ ঙসিদগী হৌনা নংগী নকাদা থবক তৌররোই নখোয়দসু লৈররোই।

রাজেন— ( শাউনা ) মোহেন্দ্র অদুক পুকচেল পিকপা।

মোহেন্দ্র—( শাউনা ) হায়খিবনা অরেপ্পা রানি রাজেন।

রাজেন— ( শাউনা ) মোহেন্দ্র।

মোহেন্দ্র—( শাউনা ) রাজেন, [ রাজেনগী মথজাইদা খুবাক্লা থাবা ] ওঃ……লাইরবগী খুবাক্লা ঙসি ইনাকখুন্নগী মথজাইদা………… ।

রাজেন—( নোকমি নোকমি তৌদুনা ) মদু নত্তে মোহেন্দ্র মরুপ্পা খজাইদা থাবনি। নংনা অদুক য়ামনা শাউরুরিবা করিগীনো দুকানগী লুপা ৫০ মাঙখি হায়বদি ঐদি থঙসু থঙদে নংনা অয়ুক ওস্তাদগী হনজিল্লক্তবা অদ্দা ইন্দোল অমদি পঙ্কমীনা নংগীদমক

মুঙশা থিহোবা অমদি ইন্দোলসু মশা ওমদে খঙনা খঙনা নংনা ডাক্তর কৌ-খোৎতুনা য়েংহনদবা করিগীনো হায়দুনা চুম্না শাউরুবনি নংনা অহুক লাম্না লৌরুরিবা করিগীনো ?

মোহেন্দ্র—রাজেন [ রাজেনগী মখুং পায়বা ] লরাইদা পোকপা মচা ওইবনা রাখল খেলমুবনি। নংনা ইস্কালদা পোকপনিদো।

রাজেন— মোহেন্দ্র! লরাই ইস্কাল খঙদে ঐনা খঙবা হায়ববু নং ঐ মরুপনি নংনা ঐগী মরুপনি !

মোহেন্দ্র—রাজেন! [ রাজেন্দা কোনবা ]

লাইট

---

## অবা উংপা

প্রান্তর।

[ রাজেন Cycle তোংদুনা থোরকই নুংশিং তাবগী মওংদা কুমথবা পম হানগে তোবদা চৈন য়াওবা Cycle ওাক্কম লৈতদুনা রাখল তৌদুনা লৈবা, পঞ্চমা ঈশিং স্নাবুল অমা পায়দুনা থোরকপা, রাজেনগী মতৌ উবদা নোকপা থাংবা, হেন্দোক্লুনা চৎকে তৌবা, Cycle তুখদুনা পম হানগে তোবদা পঞ্চমী উবা ]

রাজেন— পঞ্চমী! ঐনা রারিরসি উনা উনা ঐগী ইতেং পাংলমদনা হেন্দোক্লুনা চৎকে হায়রিবরা ?

পঞ্চমী— মীনা হায়সু হায়বীদনা হান্না ঐনা হেক্লা....।

রাজেন— অদুবু হৌজিক্তি হায়রেদনা সাকও, Cycle অসি
ঙাইহাক্তা পায়ররো। [ পঞ্চমী Cycle পায়বা রাজেন্না
পম শেম খোত্তুনা মুংশিং হানবা ]

ঈশৈ.১

রাজেন— "মিৎকা মিৎকা লোনজানবা
পুক্লিংদা পুক্লিং থুপচানবা
কাউনমুশি ঐ কাউনমুশি"

পঞ্চমী— "মমলবা থম্মোইমুংদা
চিক্লা নাইতোম ঙাম্নরো
মুংশি লমজিংবা ধ্রুপতারা"

রাজেন— "থরাই চেক্লা পাইরক্লো
নথৌ পোংনা খোংলরো
তোংলরো আশাগী পামেন্দা"

পঞ্চমী— "প্রেমগী য়োৎহিলং থাংবিরো
মুংশি কোলোই তম্বীরো
নিংবা থুংনা শোনজরগে"
[ ঈশৈ শক্তুনা থোকমিন্নথিবা ]

---

## ১০শুবা দৃশ্য

### রাজেনগী য়ুম মাঙোল

[ মোহিনি কুমার রারী শাদুনা থোরকই ]

মোহিনি— ইবুঙো! কুমার! রাজেনগীদমক্তা হায়রীবী সুমিত্রা অদু রাজেনবু অমুক্তা মশক য়েংহনগে হায়দুনা মমাদা মচানুপী অদু পুদুনা এথোয়গীদা কোয়থোরকউ হায়খি। হৌজিক লাকপা ময়ারে!

কুমার— অদুদি ভাইবংপান অসিদি পুমওন ওন্নরেদনা? মী খ্বাইগীদি চত্তুনা য়েংবা হৌনৈ।

মোহিনি— মাগী মতৌ অসিনা ইওন ওন্নরবনে! সুমিত্রা অদুগী মমা অদু অঙাং ওইরিঙৈদগী ইতা শান্নদুনা, হঙোই-দদুনা নচা পুদুনা লাকপিয়ু য়ারিবনি। মী অত্তৈ ওইরবদি কদাইদগী য়াগদগে।

কুমার— ইন্দোল ইবেম্মা! মচানুপী অদুদি রাজেন বাবুনা লৈগনি হায়বা খঙনা খঙনা লাকদোরিবরা?

মোহিনি—কদাইদগী খঙগদগে। খঙলবদি কদাইদগী ইকাইদুনা লাকপা ঙমগদগে। মমানা চুম্না নমাখোয়দা কোয়রুসি হায়দুনা পুরকদোরিবা পোৎনি।

কুমার— মখোয় অসুম লাকনি হায়বদুদি রাজেন বাবুদি খঙলবরা?

মোহিনি—ঙরাং এনা হাইফেৎ হায়খ্রবনি। ঙসিগী সুমিত্রা রাজেনবু উহন্দবা য়াদে। অদুদি ইবুঙো মখোয় লাকপা য়ারে অদুনা এ পানা কা খরা লৈরুখিগে। এনা

চথোকখি্রঙৈদা রাজেন্না হল্লকপা থোক্লবদি নংনা ফাডুনা থনমগদবনি। অমুক চথোকহনখিবা য়াদে। ইন্দোল চংলুখিগে। থুনা লাক্কে। [থোকখিবা]

**কুমার—** ফনি ইন্দোল ইবেম্মা ঐনা শোয়দনা শিনজরমগে। [ঘড়ি য়েংলগা] ইহে ঐদি অমরোম্দা থবক অমা শোয়বা তারেনা! সুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৪ তারে [কুরিৎখাওদগী চুরুট লৌথোক্লগা থকপ রাজেন মোহেন্দ্র চংলকপা]

**রাজেন—** কুমার! মোহেন্দ্রসু লাকলে। ডুকান চৎপা মতম ওইদ্রিবরা?

**কুমার—** চংচরনি।

**রাজেন—** মোহেন্দ্র! ঙাইহাক্তা ফমখো। ঐসু ফি অমন্তা হোংদোকউখিগে! অদুগা থোকগিন্নখিসি। ঙসিদি য়ুম অসিদগী থুনা চথোকহৌদবা য়াদে! [থোকখিবা]

**কুমার—** মোহেন্দ্র বাবু! ইন্দোল ইবেম্মা লাকত্রিবা ফাওবা রাজেন বাবু অসি য়ুম অসিদা ফাডুনা থম্মীয়। চৎথোকহনবিখিগন্নুকো।

**মোহেন্দ্র** - করিগীনোনে কুমার বাবু!

**কুমার—** রাজেন বাবুগীদমক্তা হায়ন-শিংনজবী সুপীমচা অদু মমাগা লোয়ননা ঙসি কোয়্রক্কনি হায়। ইন্দোল ইবেম্মনা সুপীমচা অদুগা রাজেন বাবুগা উনহন্নিংই। অদুগীদমক্তা।

মোহেন্দ্র—খুঙচরে :

কুমার— ইন্দোল ইবেম্মনা য়াম্না লুনা হায়রম্মি। চখোক-হনখিবা য়াদেকো। ঐদি দুকান চৎচরে।

মোহেন্দ্র—লেংঙো - ঐনা শোয়দনবা শিনজগে। [ কুমার থোকখিবা ] রাজেন্না ঙসি ইফিং ফিংলিবা অসিদি—অসিগী ওইরেকো হঃ হঃ হঃ [ রাজেন থোরকপা ]

রাজেন চৎসি মোহেন্দ্র !

মোহেন্দ্র- য়ুম অসি কনাস্থু লৈত্রে। ইন্দোল ইবেম্মা লাকপা ফাওবদি ঙায়রগা চৎসি কৈদোবগে।

রাজেন— মোহেন্দ্র চৎতা চৎসি কৈদোবগে ?

মোহেন্দ্র— য়ুম অসি কনাস্থু লৈতে। নংবু ঙাওরবরা ?

রাজেন— মোহেন্দ্র ! নং য়াদ্রেদনা ?

মোহেন্দ্র—ঐহাক য়াদবদি তোদেনা ! চৎসি হায়রিদনা ? অদুবু ঙাইহাক্তুং লৈরগা চৎসি হায়বতনি। ঐস্থু দুকানগী থবক শুরুবগী হকচাং অসি য়াম্ন চোকথরে ! ঙাইহাক পোথাখিগে।

রাজেন— অদুদি নং পোথাহোরো। ঐ চৎলে ( চৎপা মোহেন্দ্র ফাবা )

মোহেন্দ্র—ঙাইখো হায়বনি রাজেন। নত্তে নংনা ঙসি য়ুম অসিদা অস্থুক য়াম্না লৈনিংত্রিবসে করিগীনো ? মত্তুম হাম্না হায়খো।

রাজেন— ভুপী অমা লাকনি ঐবু য়েংউ হায়নে।

মোহেন্দ্র—য়েংউ কৈদোবগে ? করি অকায়বা লৈবগে ?

রাজেন --ই——হে।

মোহেন্দ্র--ইহে নত্তে। নুপী অদু য়েংলগা নংগী মিৎ অদু তাংলগদ্রা ?

রাজেন— ঐদি শুকয়েং য়েংনিংদ্রে।

মোহেন্দ্র—পুন্সিগী লৈমিন্নদোরিবা নুপী অদু হান্না য়েংথোকহৌবনা ক্ষৎত্রনে ?

রাজেন— কনানা হায়রিবা ?

মোহেন্দ্র—ঐনা হায়রিবা অসিনি। ঙসি লাক্কদোরিবা নুপী অসি নংগা লুহোংগদবনি! নংনা য়াদবগা চৎনবা নত্তে। নম-হাদুনা হেক্তা·······।

রাজেন—· মোহেন্দ্র! নংসু য়াওনা ঐবু·······?

মোহেন্দ্র--ঐস্ত য়াওনা নত্তে। মরুপকী থবকতবু মরুপনা য়াওদবা য়াত্রা ? নত্তে নুপীমচা অদুবু মশক খঙলত্রা ? অমুক্ত হায়য়ু। মনাতোন তুম্বরা ? পাকপরা, মমিৎ খুবরা, লাওবরা ? মরেপ রাংবরা, কুচু ঙৌবরা, মুবরা ? মশম শাংবরা, তেনবরা ? হায়রো ? হাঃ হাঃ হাঃ নঙনা হায়দ্রবসু ঐ খঙলে। নুক্তা অদুগী নাতোন নাকচিদা শমক্রু অমত্তং তোমথিন ঙানবা অদুদি পাখঙ ওইবা রাজেনগী মোঙকমনি নত্রা হাঃ হাঃ হাঃ হায়রোরানি রাজেন ?

রাজেন—ঐ করি অমত্তা খঙদে। শুখঙ খঙদে। অদুগা খঙলবসু ঐনা হায়রুবগী কান্নবা লৈতে। [ মোহিনি· চঙলকপা ] মোহেন্দ্র চৎসি।

মোহিনী— হায় সুপামচা! নঙ ইমাগা রা অমা ঙাঙনগদবা লৈরি। নঙ চৎথোকখিবা য়াদে। [ চঙখিবা ]

মোহেন্দ্র —ঐনা ফাদুনা থনম্মীবনি।

রাজেন — মীনা ঙসাইনা চৎসি হায়রগা.........।

মোহেন্দ্র—নরাইবরুনি শাওবা য়াদে। [ মোহিনী থোরকপা ]

মোহিনী—এঃ মী লাকপু লাক্লে। রাজেন নঙ নত্ত-নত্তবা কাতু কারল ঙাঙলুমুকো। লেংশিনবিরকউ—।

মোহেন্দ্র - লাক্লিবা অসিরা [ য়েঙনবা ]

রাজেন— ওইরমাল্লে। [ যমুনা মাধবী চঙলকপা যমুনাগা মোহেন্দ্রগা শঙত্রিক য়েংনবা ] ।

মোহেন্দ্র - রাজেন! ঐদি থবক অমা ইকাও কাওরুরে, ঐ চৎলমলগে।

রাজেন— ঙাইখো নঙনা ঙসাইমথৈ ফাদুনা থম্লগা য়াবরা?

মোহেন্দ্র—নত্তে রাজেন! নঙ লৈহৌরো। য়াম্না লুবা থবক অমা লৈহৌরে! ঐ চৎলমললে!

রাজেন— চৎমিন্নখিসি হায়বনি!

মাধবী— চুম্মী ইবুঙো! থবক অচিনবা লৈবা মীবু ফাদুনা থম্বা য়াবা হৌনদে [ থাদোকখো তুঙদা অকাইবা লাকনি।

মোহেন্দ্র—চুম্মী, অকাইবা লাকনি! রাজেন ঐ চৎলে। [ চেনখিবা ]

রাজেন- মোহেন্দ্র! নঙনা য়াত্রবনিনা ঐসু লাক্লে—(তানখিবা)

---

## ষষ্ঠবা উপ্রেশা

রাজেনগীদা তাওবা মোহেন্দ্রগী য়ুম
( পঞ্চমী ইমুংদগী থোরকই। মশা অতু ওমদনা উই )

**পঞ্চমী**— রাজেনগা ঐগগী রা অসি করিগুম্বা তাদথোয় ইমা-থোয়না তারক্লগা নথোয়না ঐবু করি হায়খিগনি। মহাক্না ঐগীদমক্তা পুন্সি অসিমগী লেপ্পীগদ্রা ? লেপ্পী-রোইদ্রা হায়না থাবদা পোথাকম থওদ্রবা ঐগী পুক্লিং অসিদা তাদথোয় ইমাথোয়গী অয়াকপা রাহৈনা করিগুম্বা.......... ।

**সখী**— [ মনুংদগী ] মুপীমচা ! [ থোরকপা ]

**পঞ্চমী**— ইমা ! করি হায়বগে ?

**সখী**— নওবু নশা ওমদে হায়বা অদুবু কয়া কম্না ওমদ্রবনো ইবেম্মা ।

**পঞ্চমী**— ইমা কোক অসি চিক্লি ২ তৌই হায়বতনি। থোই দোক্না কম্না ওমদবা নত্তে। করি হায়বগে ইমা !

**সখী**— চাক ঈশিং থোওবা ওমগদ্রা ?

**পঞ্চমী**— ওমগনি ইমা।

**সখী**— মাইবা অমা কৌ-থোৎতুনা ওাইহাক য়েঙহনসি হায়-রবস্থ ইমাস্থ চথোকপা ওম্বদি হায়রুগম্থ। কোক কাওবা হায়গৎপা ওমলকত্রে। নোংম নোংমগী শোনবা অতুম হেক্লিল্লব্রে। কম্নম হায়নবু পানগদবনো থওদ্রে।

পঞ্চমী মাইবা কৌদ্রবস্থ য়াগনি। করিস্থ তৌরোই। মরাইনা ফজনি। ইয়াদুম নিংথিনা পোথাবিরুরো।

সখি— ঐদা নত্তনা নঙস্থ নারকতুনা তোক্লরনি। সুমিৎ অসি তাশিল্লক্লে। চাক ঈশিং থোঙলগা নিঙথিনা পোথা-রুরো। ( মোহেন্দ্র ফিংনা চংলকপা )

মোহেন্দ্র—ইমা !

সখি — করিনো মোহেন্দ্র ! নংনা অস্থক য়াম্না ফিংলিবসিবু করি তৌরবগে ?

মোহেন্দ্র – ইমা ঐখোয় য়ুম অসি লৈবা য়াদ্রে।

সখি— করিনো মোহেন্দ্র ! নংনা হায়রিবা অসিবো, ভাব তাদ্রে করি তৌরবগে ?

মোহেন্দ্র—ইমা ঐখোয় লরাইদা চৎপা তারে। ইম্ফালদা লৈবা য়াদ্রে।

[ ইমুংদা চংদুনা ফি ময়োম পুথোরকপা ]

সখি— করি তৌরবগে মোহেন্দ্র। মরমদি ইহায় হায়দনা লৈবা য়াদ্রে। চৎপা তারেদা হায়রিবসিবো করি তৌরবগে ? ( ইমুংদগী পোৎ অমুকস্থ লৌথোকউবা )

মোহেন্দ্র – হৌজিকমক চৎপা তারে ইমা।

সখি— করি মরমদগী য়ুম অসি হোংদোকতুনা চৎকদৌরি-বনো ? ইমাদা হায়রু।

মোহেন্দ্র—মরম লৈদ্রুনা চৎকদৌরিবনি ইমা ! চত্তবা য়াদ্রেনে ইমা।

সখি— নত্তে মোহেন্দ্র ! নং অমুক্তা তপথখো। মেন তানা নিংথিনা মরম অদু ইমাদা অমুক্তা হায়রু।

মোহেন্দ্র—ইমা ঐনা হায়রিবসিনি। য়ুম অসিদা নত্তনা ইন্দ্রালদা লৈবগী ঐথোয়গী পাঙ্গল লৈত্রে ইমা।

সখি— ইমা ইচাবু য়ুম অসিদা লৈরম্বু চৎলো হায়দুনা রাজেম্না হায়রক্লবরনে মুপামচা।

মোহেন্দ্র—আঃ ইমা ওম্হোক্লা রা কুপথখে্দকো।

পঞ্চমী— তাদ মথোয়না চৎলো হায়রবস্তু ইমা নাবা ফবা ফাওবদং মতম থরদংদি লৈবা য়াইদনা? মদু ফাওবা য়াররোইদ্রনে।

মোহেন্দ্র—পঞ্চমী! নংনা খঙবা রা নত্তে। হৌজিকমক চৎলগদবনি।

সখি— অদুবু ইবুঙো মুমিৎ অসিস্তু তাসিল্লক্লে। নোংচুপ লোমদস্তু ইমম মল্লা নোং হৌরক্লে। হৌজিকপু করম্না –

মোহেন্দ্র—ইমা মিকুপমুক্তং অসিদা পন্থদুনা লৈবগী মহুত্তা নোং মুংশিৎ মরক্তা লম্বী লম্কাংদা নোংমৈ শিংজংনা কোকথক্তা তাদুনা শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফগনি।

সখি— অদুগীস্তু মথক্তা মহেন্দ্র! নচন মুপীস্তু মশা ওমদে হায়, ইমাস্তু অমম্বদা অস্তুক থাপগ্রবা লরাই তাম্না চৎপা ওম্বদি লাইরদনা ফমুংদগী চাক ঈশিং চাবা কুমথবা ফাওবা হকচাং অসি থক থক নিক্লিবনি। অস্তুক পাঙ্গল শোল্লবী নমা ঐবু করম্না ..........।

মোহেন্দ্র—লরাই তাম্না ইমাবু পোদুনা পুগে চত্ত চৎলসি।

সখি— মোহেন্দ্র! হয়েং নোংঙাল্লগা চৎপস্তু নত্তবা

ছৌজিকমক চৎনিংলিবসি করিগীনো ইমাদা অমুক্তা তম্মু।

মোহেন্দ্র—ইমা—— !

সখি— ইমাদা তম্মু।

মোহেন্দ্র—ইমা! নচাদা অমুক হায়হনবিরগনুবা।

সখি— মরম অদুনা চারবদি মাইল ১০০০ চৎপা তারবসু করি অমত্তা য়াদবা তৌরোই।

মোহেন্দ্র—ইমা—।

সখি— ঐ নমানি। পোকপদগী অরাবা লুংঙাইবদা ঐগী ইতম্পাক্তা চাউরক্লবা ঐনি। রা অদু নংনা তম্বদা ইমানা করিগী চিংনরুগদগে। তম্মু মোহেন্দ্র! ইমাদা তম্মু।

মোহেন্দ্র—ইমা! রাজেনগা লুহোংগদৌরিবা ছুপীমচা অদুগা ঐ মাগা নকননিংদে। মাগা উনবা ওম্মোইনে ইমা

পঞ্চমী—(লোম্না) রাজেনগা………..।

মোহেন্দ্র—ঐনা অসুম লৈরবদি রাজেনগী আশাসু কায়বা তারে।

সখি— নংগা হায়ন-শিংনজবনি হায়বদু রাজেনদা খঙহল্লুদনা?

মোহেন্দ্র—ইমা! মদু মীওইবগী রাখল নত্তে। রাজেন ঐগী মরুপনি। মখোয়গী অহল লম্মনগী নিংবা কায়গনি, নত্তে চৎসি ইমা। [পোৎ-চৈ পায়খৎপা]

## ৬ৼবা মক্তাং

### লম্বী— মতম মুমিদাং

[ নোং মুংশিংকী নিনখোংবা, নোংথাং কুপ্পা, নোং পুমচোং চোংলদুনা পোং ময়োম অমমম পায়রদুনা মোহেন্দ্র, পঞ্চমী, সখি য়াম্না ব্রানা থোরকই ]

**সখি—** মোহেন্দ্র! য়োবা মতমদা য়োবা হায়বা অদুনি। ঙাইহাক্তুং পোংথাখিসি ইমা য়াম্না ব্রারে। [ফমথবা]

**মোহেন্দ্র**—ইমা! অমম্বা অথেংবা অসিদা লম্বী লমহাংদা লৈগদবগী শরুকপুদি থুনা য়ুম য়োনবা চংপনা ফরোইদ্রনে ইমা।

**সখি—** ইমাস্থ অদু থঙই। মদুবু মোহেন্দ্র! ইমাবু থোং অসি থাংদুনা চংপা ঙমশিল্লক্ত্রদুনা তৌবনি নত্তে ঐখোয়গী লরাই য়োগদববু কয়াম ব্রাংলিবগে?

**মোহেন্দ্র**—ইমা! মাইল ৩।৪ গী লম্বীদা মরাকই। য়ুম য়োগদবা খরা ব্রাংলি ইমা। চংননবা তৌরসি ইমা [রাজেন য়াম্না ফিংনা চংলকপা]।

**রাজেন—** কদাইদা চংকদৌরিবনো মোহেন্দ্র?

**মোহেন্দ্র**—য়ুমদা — —।

**রাজেন—** করিগী — — ?

**মোহেন্দ্র**—মরমদি............ হঃ হঃ হঃ নত্তে রাজেন! ঐখোয় চংলগে।

**রাজেন—** হঃ হঃ হঃ ঐ থঙলে। মোহেন্দ্র! মতম অমদা

ইমাগী নংগী নাকোং রাই চিন্নবা রা খরা ঙাংখি। মতুগীদমক্তা নত্রা? মোহেন্দ্র ঐনা খল্লম্বদি নংবু ........! অদুবু নংদি অঙাং য়াম্না ওইরিনা।

মোহেন্দ্র—রাজেন। নংনা পুরিবা রাখল অদুনা অচুম্বা ওইরবদি মরুপ হাৎপা পাপ পুগে। মতুগীদমক্তা নত্তে।

রাজেন— নত্তে হঃ–হঃ–হঃ।

মোহেন্দ্র—নংগী রাখল অদু অরানবনি।

রাজেন— মতু নত্রবদি করিগীদমক্তা —?

মোহেন্দ্র—অমবু ওইরবস্থ ২ ঙসিগী রাকম অসিদি ঐ মাইথিরগে, মতুম ওইনমক রাজেন। ঐনা ঙসি নিংথ্রিবা আশা অসি নংনা থুগাইবা ঙমলরোই।

রাজেন— অদুবা মোহেন্দ্র .......... হ—হ—হ নহানমথৈ ঐনা নংবু মরুপনি খল্লম্বা অদুদি অরানবা রাখল ওইরম্লেদনা, মুংশি হৈত্রবা য়েক্লবা ওইরম্লেদনা।

মোহেন্দ্র—য়েক্লবা — —?

রাজেন— মানি। নত্রবদি নংনা যুম থাদোক্তুনা লাক্লমলোইদবনি। চৎপা তারবস্থ ঐঙোন্দা তাকলমদগবনি। নংনা মরুপনি হায়না খন্দবনা রাহৈ অমত্তা হায়রমদনা ঐগী পুক্লিং অসিদা চিংনবা উপান অমা থারমলগা উপান অদুবুস্থ নিংঙমদবা মৈরিনা চুরমলগা নংনা চৎপনি। অদুগুম্বা মী অদুবু ঐনা মরুপ অমা ওইনা লৌখিগদ্রা?

**মোহেন্দ্র**—রাজেন! ঐগী রাখল ঐতনা থংই। কনানস্থ খণ্ডবা ঙমদে। করিগুম্বা ঐগুম্বা খণ্ডলম্বা থোক্লবদি অসি য়ৌনা রা শাংথরয়োইদবনি।

**রাজেন**— করি রাখল?

**মোহেন্দ্র**—নংনা ঐবু য়েক্লবনি হায়না লৌরবস্থ ঐনা মরুপ অমা ওইনা হায়রিবসিনি। রাখল অদু খণ্ডবগী মরুমদা অস্থমক লোৎখ্রসমু।

**রাজেন**— অমম্বা মুমিদাং অসিদা ইন্দোলখোই পুন্থনা চৎত্রবস্থ হয়েং নোংঙাল্লগা চৎপদা নংগী করম্বা অকাইবা লৈবগে?

**মোহেন্দ্র**—লৈতে। অদুবু রাজেন। ঐনা নিংখ্রবা আশা —।

**রাজেন**— মোহেন্দ্র। নং শোইদনা চৎলগত্রা?

**মোহেন্দ্র**—হায়খিবনা অরেপ্পনি।

**রাজেন** — ইন্দোল! মোহেন্দ্রনা চৎসি হায়রবস্থ ইন্দোলনা ঐবু করি অমত্তা মুংশিবিত্রবরা? নত্তে ইন্দোল। মখোয় চৎনিংবা মখৈ চৎচখ্রসমু। ইন্দোলদি চৎপা য়ারোই।

**সখি**— ইবুঙো। নংনা ইন্দোলখোয়বু লুনা চান্না তৌবিবা অস্থন্না ইচামক্লস্থ তৌবিদে। মদু— ইন্দোলনা থংদবা নত্তে। অদুম ওইনমক নংগী মরুপ অসিনা ময়াত্রবা অদুদা মাগী মতুং ইন্দুনা লাক্লবনি। ইন্দোলগী পুক্লিংদা নত্তবা ভাব করি অমত্তা লৈতে।

**রাজেন**— পুন্নমক মীনম্বনি। মোহেন্দ্র! করি মরমগী চৎলিবনো

হায়বদো তাক্লম্মু। কায়নবা তারবস্থ পুকনিং শেংনা
নোঁকনা ২ কায়নসি।

মোহেন্দ্র—কৈদৌবগে রাজেন! নংনা ঐবু মরুপনি হায়না
খল্লবদি অমুক ওৎলগন্নুবা?

রাজেন— হ—হ—হ মোহেন্দ্র! নঙোন্দা ঐনা ওৎপা থোক্লব-
রনে মোহেন্দ্র! পঞ্চমী! নখোয় পুন্নমকনা ঐবু
থাদোকতুনা চৎপনা নখোয়গী মুঙাইবা শক্লবদি ঐ
অমুক য়েৎলরোই চৎলো।

মোহেন্দ্র—রাজেন বাই — — বাই — —।

রাজেন— বাই। বাই — —।

সখি— ইবুঙো ইন্দোলখোই চৎলে।

[ মখোয় অহুম থোকখিবা, রাজেন য়েংদুনা লৈহৌবা ]

রাজেন— পঞ্চমী, নংস্থ নংগী তাদনা লুবনিনা ঐবু থাদোক-
তুনা চৎলগনি অসিরা?

---

## ৬তবা দৃশ্য

### রাজেনগী য়ুম

( মশম মনা ইফা ফাদুনা রাজেন ইমুংদগী থোরকই )

রাজেন—মখোয়গী মপাও ফংখিদবা অসি তরানিরোম শুজিল্লক্লে।
ইন্দোল অদুস্থ মশা য়াম্না ঙমদনা চৎখি। করম
তৌরিগবা। পঞ্চমীগা ঐগা আশা লৈনৈ হায়বসি

মোহেন্দ্রনা খঙলকতুনা মপুক্রিংদা য়ানিংঙবা লৈদুনা চৎখিৗবরা? নত্তে মদুদসু মখোয় ফুক হোগত্তুনা চৎকনি হায়বা নিংদে। ঐবু নোংমা চৎলুসিন্না? মদু ঙম্বগী ঐগী পাঙ্গলসু লৈত্রে ইমানা ঙাংখিবা রাহৈশিং অদু মোহেন্দ্র মনাকোংনা তাখ্রে। মদুদি করি উপায় লৈরি? সোমদনা অয়ুক্কী সুমিদাংগী ঐগী লুহোংবগী রাদা ঙাংনখ্রে। ঐনা তৌগদৌবসি করিনো?

[কুমার মোহিনী চংলকপ.

**মোহিনী**—য়ুমদদি চংলকত্রদুনা য়ুম অহাংবা অসিদা করিনো ইবুঙো নংনা তৌরমলিবসিবু? মতম পুন্নমক্তা ক্ষমদুনা রাখল তৌদুনতা লৈরিবা অসিবু করি মরমগীনো? চাবা থকপসু মক্ষম মরাং খঙদ্রে। দুকানগী থবকসু য়েংশিনবা লৈত্রে! নংনা খল্লিববু করিনো সুপামচা?

**রাজেন**— ইমা পুন্নমক অসি নংনা থোকহনবা ঙাক্তনি।

**মোহিনী**—ইমানবু করি তৌখ্রবগে?

**রাজেন**— ইমাগী লৈহন্নিংঙবা ঙারাং শাঙাং তাবদগী মখোয়না চৎখিৗবনি।

**মোহিনি**—মখোয় অদু চৎখিবগীদমক ওইরে নংনা সুমিৎ চুপ্পা চিন্তা তৌদুনা লৈরিবদি? মখোয়দগী ঐনা করি তোংজবা? করি কান্নবা লৈদুনা মখোয়গী-দমক করি রাক্ষম থোক্লগে। মখোয়না চৎখিৗবা

অসিদি নং ঐগী ৱাইশংবা নত্রা। করি কান্নদবদা চাক ঈশিং চাবা মতম চাদতুনা মাতুনা তোক্কনি। ইমা ৱা হায়গে। মখোয় অদুগা শঙ্গ ওইরবদি নংগী করি অমত্তা ওইজবা ফংলোই। ঙসি ৫।১০নিসি নংগী নশক অসি য়েংবা য়াশিল্লকত্রে। নপুক্লিং অদু অরেম্বদা অৱাবা পীতুনা নশানা নশাবু মাঙননবা শিনজগনু।

রাজেন— মখোয় অদুনা অমুক লাকতুনা লৈরত্রিবমথৈ ঐগী পুক্লিংবু কনানসু মুঙাইহনবা ঙম্মোই। নখোয়না ঙাংজবা শারিবা পূন্নমক অরেম্বনি।

মোহিনী—নহাকসু নংনা থাম্বা য়াদতুনা চৎত্রে হায়। অদুদি মখোং কোন্দুনা লৈবিরম্নো হায়জকৱোদনা ?

রাজেন— ইমা। মতু য়োনা হায়কদ্রবসু কৌরুরবদি মখোয় শোয়দনা অমুক হন্না লাক্কনি।

মোহিনী- অতুদি অথেনপোৎকা তৌতুনা কৌরুরোদনা।

রাজেন— ঐনা কৌরুরগবু মখোয়না লাকপা তারবদি ঐনা থাম্বদা মখোয় চৎলম্মোইদবনি! ঐনা চৎপদি চৎতবগা অমহানি।

মোহিনী—অতুদি কনানা চৎলগা মখোয়না লেংবিরক্কদৌরিবা ?

রাজেন— ইমানা চৎলগা।

মোহিনা—ঐনা। ঐদি করিগী ?

রাজেন— ইমাগী লৈহম্নিংদবা ৱাঙাং তাবদগী মখোয়না চৎথিব্রনি। ইমানা চত্রবদি মখোয় করম্না লাক্কনি!

মোহিনী—সুপামচা! ইমা ঙসি নঙোন্দ রা অমা হায়গে। মখোয় কৌবা কৌদবগী রা ঐ করি অমত্তা খঙদে! কৌরুগে ননিং, কৌরোই নফিং, নংনা পাম্বা তৌজো। মখোয়গী রা অসি তোকখিসি। নংগী লুহোংবগী রা অসিনা করম তৌবা? ঙসিদি নংনা তাশিন্নদবা, খুরশিন্নদবা য়াররোই। ঙসি নংগী অরেপ্পা রা অমা হায়য়ু। নংনা মমাংঙৈদা নথরাইনা তাবা অমসু পূশিল্লক্কবনিনা নচাগী নমৌ, মমা মপা ওইবনা থিবা হায়বা অসিদি হৌনশানিনা, ইমানা মীগী মচা অসি লোইনরুরেদো। অদুনা কয়াম চোম্বরগা লোংবা পামলিবা? অদুগা ইমাগী আশাদি পংকুই কুইথবদি পামদ্রে।

রাজেন— ইমা! লুহোংবগী রা লাইরি। মখোয় কৌবা কৌদবগী রানা লুরি।

মোহিনী—কররিগী?

রাজেন— মখোয় লাকত্রিবা ফাওবদি লুহোংবগী অরেপ্পা হায়বা ঙম্মোই।

মোহিনী—মরমদি—?

রাজেন— মরমদি ঐগী পুন্সিগী নুঙাইরবা নুমিৎ অদু মখোয় য়াওদনা ঐ নুঙাইবা ঙম্মোই।

কুমার— ইন্দোল ইবেম্মা! মখোয়না চৎখিব্রসি ঐ মরম য়াম্না মুম্না খঙই। ইন্দোল ইবেম্মনা ঙাং-শকপনা নত্তে।

রাজেন— কুমার। নং মখোয়না চৎখিবগী মরম খঙবরা? হায়য়ু! করি মরমগীনো?

কুমার— অসিনি বাবু! মোহেন্দ্রখোয়না চৎখিব্রদি মমাংদৈদা মানা দুকানগী লুপা ৫০ মাঙহনখিবা অদুগী ইকাই-রদুনা সুমিদাং লোম্না চৎখিব্রনি। অদুগী নত্তুনা অতৈ মরমগী চৎপা ওইরবদি অয়ুক নুংথিলদা ফোংনা চংলমগদবনি। মরম পুম্মক অসি রাজেন বাবুনা মপুক্লিং নাহন্দনা চিংন-ইকাই পুম্নমক কোক্লবা ফজনা রাহৈ খরা হায়বিরগা মরাইনা লাকচগনি!

রাজেন — হাঃ হাঃ হাঃ মদুরা কুমার। বি সিবিলাইজ— মোহেন্দ্রগী মপুক্লিংদা অদুগুম্বা রাথল থল্লমগনি হায়বা থক থল্লুগনু! লুপা ৫০ গী রাদুদি মাগা ঐগা চমথোক্লথব্রনি। অদুগা করিগুম্বা মানা লুপা ৫০ শিংবা তারবস্থ মানা করিগী ইকাইফম থোকপগে? করিগী য়ুম থাদোকদগে। মাগী ফংফম থোকপা লুপা ১০০ লৈরিবসিদি? নংগী রাখল অদু অরানবনি। ঐনা হায়রিবা অসিনি। মখোয়না চৎখিব্রবা অসিগী মরমদি— ইমাগী লৈহন-নিংদবা মতৌ উবদা, অমদি অয়াকপা রাহৈ তাবদগী চৎখিব্রনি।

মোহিনী—অদু আদা ঐ করি অমত্তা খঙদে, নংগী লুহোং-বগী রাসি ওসিমক মুপী ময়ুমদা মুমিৎ অসিদা হোংসি, থা অসিদা হোংসি হায়নবা অদু

খঙহনখিগদবনি। নংগী রা অমা হৌজিক হায়রো।

রাজেন— ইমা ঐগী লুহোংবগীদমক নং করি অমত্তা চিংনগনু।
অতুবু ঙসিদি ঐবু লুহোংবগী রা অদু হায়হল্লগনু।
মখোয়গী পাউ অমা হেক্ক ফংবগা ইমানা হংবা
অমুক নাইদনা নচানা হরাও হরাওনা য়াজগনি।
ইমা করি অমত্তা মুংশা থিগনু ঐ লুহোংবদি
শোয়দনা হোংলগনি।

মোহিনী—মখোয়গী মরমদা ঐ করি অমত্তা খঙদেকো ইমা-
গীদি ঙসি হায়রিবা অসিনা অরোইবনি।

[ মোহিনী থোকখিবা ]

রাজেন— কুমার হয়েংমক চংত্তুনা মখোয়গী রা অমত্তং
হংদোকউচংলু।

কুমার— ফনি। অদুদি ঐস্থ থবক অমত্তা.................।

রাজেন— চংলো [ কুমার চংখিবা ] হাঃ হাঃ হাঃ ঐগা
কনাগা লুহোংগদৌরিবনো হায়বদো মখোয়না খঙবা
ঙমদ্রি ঐ অমদি মাতনা খঙই।

---

## ১৪ শুবা মতাং

## মোহেন্দ্রগী লবাই য়ুম

( পাঞ্চমী মশা য়াম্না শোক্কে অরাবা কয়াগী রাথলনা চিন্তা তৌদুনা
লৈরমই )

পাঞ্চমী— ইমা কায়নবগী অরাবা মৈরক অসিদা মহাক্কী রাথলনা

অনৌবা মৈরি ওইদুনা অমুক চুররি। মহাকনা ঐবু কাউথোকতুনা অহল-লম্মলগী থাথং ইন্দুনা লুহোংখ্রগদ্রা ? মানা ঐবু চম্ম কাউরিরগদ্রা। ওম্বোক্লা লাইবক থিনা তমলমখ্রেদকো, সংসার অসিদা নুংঙাইবা হায়বা অদু লৈতরবরা ? অরাবদা মঙাইরবরা ? মী পূম্নমকস্থু ঐগুম্না রারিগদ্রা ? নত্তে এগী রাখল লাল্ল নোংদম থিবা বিধীনা লাইবক থীবী ঐগীদমক্তা নুঙাইবা শরুক তম্নীরম-দ্রবনি ! অরাবদা শরুক ওইরবী পোকপদগী নুঙাইবা শরুক ফংজরক্ত্রবী মচাগীদমক্তা রাজবনা মথৌদাং ওইরবী লাইরবী ইমা অদুস্থ ইচিন ইপ্বাবু লাইর খাংপোকশংদা হুঞ্জেকপিরম্নগা লাইরৈপাক তানখ্রে। নোংমগী চরা অসি ফংনবা থিবা হোৎনবদা মতম পূম্নমক্তা লাইরবা ইবুংগী মশাদা লৈত লাইরবগী রাথম্না ফিজেৎ ওইবগী মথক্তা ইমাগী কর্ম্মগী পোৎলুম অমস্থ পুবা তারি। রাখ্রেদা——লাইর অনং লৈহৈদ্রবা সংসার অসিদা পূম্নমক কাউবা ঙম্বা অদুগুম্বা নুংঙাইবা য়াহিগ্না ইচিল ইপ্বানা করম্বা নুমিত্তা য়াতাবা ফংগবা ?

( মোহেন্দ্র চংলকপা মকোই মরাং ইমু মুবা)

**মোহেন্দ্র**—পঞ্চমী ঙসি চাক থোংনবা চেং লৈরবরা ?

**পঞ্চমী**—ঙসিগীদি চেংফুদা থরা লৈরিনি, থোংউরো হায়বরা ?

মোহেন্দ্র—নং নশা ঙমদে হায়বা অদু পোত্থাদুনা লৈম্নু ইবুং থোংগে
পঞ্চমী— ঐ লৈরিঙৈদা তাদনা করিগী থোংগদগে, ঐনা থোংগনি। ঐ করিস্নু তৌদে।
মোহেন্দ্র—নোংমা নোংমা অস্নুম হৌখিবনা ইমাগী কর্ম্মস্নু ঙসি ৭।৮ নিয়োমদা মঙাইশিল্লক্লে। লাইরবগী লৈত-লাইরবদি খঙবি-উবিদবনি। মতমগী লাইরেম্বী নংগী ইচেন্দি লেপ্পা নাইদে।
পঞ্চমী— তাদ ইমাগী কর্ম্মদি কদাইদগী শেম্না শোনগনি ?
মোহেন্দ্র—লৈতে লাইরৈ হায়দুনা ইমাগী কর্ম্ম শোন্দবা য়াব্রা ? ইঙ্খোল মচেৎ অমত্তং লৈজরিবসি বঙ্কোপ থম্নগা শোনবা তারেদনা।
পঞ্চমী— ইঙ্খোল বঙ্কোপ থম্বা ? ইঙ্খোল অসি বঙ্কোপ থমলুরে হায়রগা হয়েং তুংদা অমুক হন্দোকপা ঙমদ্রবদি.......... !
মোহেন্দ্র—মদু তুংগী রাখম্নি। মতমনা লৈত্রবনিনা মসি নত্তনদি উপাই লৈতে। নং নশা য়াম্না ঙমদনা উরে নিংথিনা হিপতুনা পোত্থারুরো। ( কুমার চংলকপা ) কুমার বাবু ! লেংশিনবিরকউ। ইবেম্মা ! নবুংগী ফিদা অমত্তা পুথোরকউ। ( পঞ্চমী ফিদা থাবা, কুমার কম্বা ) করি থবকী লেংবিরকইবা।
কুমার— মোহেন্দ্র বাবু ! অতৈ থোইদোকপা মরমগী নত্তে। রাজেন বাবুনা ময়াম পুন্নমকপু কৌরুচো হায়দুনা ঐবু থারকলিবনি।
মোহেন্দ্র—হ-হ-হ-কুমার বাবু ! মদুদি ঐখোয়বু তুংশিন্নবদগী

হায়বীরকপনি। ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। আদা
—লেংদনা লৈবসি: য়াম্নদি লৈজনিংই অদুবু ইখোল
অসি থাদোক্তুনা আদা লেংদনা লৈবদা হয়েং
তুংদা অকায়বা অমা ওইরক্কদরা? হায়না খঞ্জরে।
মদুগীস্থ মথক্তা ইমা লৈখিদবগা পুক্রিং অসি কয়িনো
অমা তৌখ্রে কুমার বাবু।

কুমার— করি হায়বা মোহেন্দ্র বাবু! ইন্দোল লৈখিদ্রবা,
নুমিৎ কয়ানি শুরে।

মোহেন্দ্র—কর্ম্ম ঙসি ৫।৬ নিরোমদা ঙাইশিল্লক্লে।

কুমার— মরম অমগীদমক্তা মোহেন্দ্র বাবুখোইবু কৌবা
লাকচরিবা অসিদি অরেম্বদা তারেদনা।

মোহেন্দ্র—করি থবক্কী ওইরবনো?

কুমার— মোহেন্দ্র বাবুখোই লেংলক্ত্রবদি রাজেন বাবুদি
লুহোংলোই হায়রী।

মোহেন্দ্র—ও! মদুগীরা কুমার বাবু।

কুমার— মানি।

মোহেন্দ্র—ঐখোয় লাক্লগবু লুহোংবদি শোয়দনা হোংগনি
হায়বরা?

কুমার— মোহেন্দ্র বাবু মদুদি শোয়দবনি।

মোহেন্দ্র—ঐখোয় লাক্লগা রাজেন বাবুগী লুহোংববু কায়রোই
হায়রবদি করে কুমার বাবু! ইমাগী কর্ম্ম লোইবা
মতুং নোংমা নিনি লৈরগা ঐহাক শোয়দনা
লাকচগনি হায়না তম্বীয়ু।

কুমার— রাজেম্মা লুহোংউ হায়বা য়াদ্রবসিদা ইন্দোল, ইবেম্মসু মুংঙাইতবা মনিং থুংদবা রাথলনা লাইনা অমা ওইনা নাগদৌরি। ইন্দোলগী কর্ম্ম হেক লোইবগা লেংঙক্কবা য়াদে।

মোহেন্দ্র—ঐহাক শোয়দনা লাকচগনি।

কুমার— অদুদি ঐসু চংচরগে।

মোহেন্দ্র—লেংঙো ( তুংথ মাংথ চংখিবা )

পঞ্চমী— ঐখোয় লাক্ত্রবদি লুহোংলোই হায়বা ? হ—হ হ—অসিরা নিপা ওইবগী লিচং। কাইনা মৈচাক্লা কংলবী ঐগী ইমিৎ অসিদা করম্বা খাংঙমদ্রবা অনৌবা মৈরি অমা অমুক ওইহনগে হায়বিরিবনো ?

( মোহেন্দ্র চংলকপা উত্নুনা চংখিবা। মোহেন্দ্র চংলকপা )

মোহেন্দ্র—[ খুদোপতা য়েংলগা ] হ—হ—হ—খুদোপ মুংশি হায়বগী খুদমদি অসিনা ওইবিয়ু হায়খিবা, অদুবু মরুপকীদমক্তনি।

---

## ৯৫ বা দৃশ্য

## যমুনাখোয়গা থোঙ্গাল

( পোৎ ময়োম অমা পায়দুনা মোহেন্দ্র চংলকপা )

মোহেন্দ্র—খুদোশ অসিনা ঐবু ভত্তনা নিংঙমদবা অরাবা মৈচাক অমা পীরি। লাক্লিঙৈদা মহাক্না অমুক্তং উনবা ফংদুনা মাগী খুদোপ অসিমক্তা হন্দোকপা

ঙম্লবদি মরুপকীদমক্তা পুন্নমক থাদোকপা পুক্রিংদা নিঙমদবা মুঙাইতবা অমত্তা লৈররোই ! অদুবু মাগা উনবা ফংদনা ঐবু অস্নুম হল্লগদ্রা ? মহাক থোরক্ল- রোইদ্রা ? ( রাজেন নাকল অমরোমদগী চংলকপা ) ।

রাজেন— মোহেন্দ্র ।

মোহেন্দ্র—রাজেন ।

রাজেন— মোহেন্দ্র কুমারগী মচিন্দগী ইন্দোল লৈতবগী পাউ ফংলে । হেক লৈখিদবগা ঐবু খঙহল্লকপা য়াদ্রা ? নংনা ঐবু মরুপনি হায়না খল্দ্রমালে ।

মোহেন্দ্র—রাজেন ! মতুগীদমক্তা নপুক্রিংদা মুঙাইতবা তৌগনু । পাউ য়ৌবিনিঙাই মী লৈতদুনা তৌবনি ।

রাজেন— ঐনা থাম্বা মতমদা নংনা য়ারম্লবদি পূন্নমক অসি থোক্তবা য়াই । অদুবু............ ।

মোহেন্দ্র—রাজেন পূন্নমক হৌখ্রবনি পূন্নমক কাউখ্রো ।

রাজেন— মসিদা নংদি কৈদৌরমলিবনো ?

মোহেন্দ্র—ইমাগী কর্ম্মগী পোৎ-চৈ লৈবা লাকপনি । লাক- মিন্নবা অমা অসিরাইদা মী উনগনি হায়দুনা চৎখি ! অদুগী ঙাইরিবনি ।

রাজেন— ইন্দোলগী কর্ম্মদি মুমিৎ কয়ানি ল্লাৎলিবা ?

মোহেন্দ্র—হংচিৎনি । রাজেন নং ইমাগী কর্ম্মদা লাক্তবা য়াদে ।

রাজেন— লাকনিংবগীদি করি হায়রুগনি । হৌজিকনদুম লাকনিংলবনি অদুদা মোহেন্দ্র ! ঐখোয়গীসু ইমা মশা ঙমদতুনা লৈরে । ইমানা থর ফক্তুনা

থাদোকপা য়ারবদি— ঐ শোয়দনা লাক্কে। করিগুম্বা ঙমদবা থোকলবদি নপুক্লিংদা রায়োগমুকো (লুপা লৌথোকপা) সে মোহেন্দ্র! মসিনা ইমাগী কর্ম্মগী মতেং ওইয়ু।

মোহেন্দ্র—নত্তে রাজেন! ইমাগী কর্ম্মগীদমক্তা পুন্নমক থৌরাং লোইরে। মদু লৌদ্রবস্থু য়ারগনি। লৈরক্ত্রগা নখোয় খ্বাই লৈরিদনা? মতুংদা হায়রক্কে। মদুদি ঐ লৌররোই।

রাজেন— মরুপ মান্দেদা মোহেন্দ্র! লৈতে লাইরৈ লৈরম্মোই হায়দুনা পীবা নত্তে! নংগী নমাদি ঐগী ইমানি। অদুনা ইমাগীদমক্তা লাইদা কৎনবা ঐনা ঙম্বা থরদং কৎপা অসি নংনা ঐবু মরুপনি খল্লবদি লৌশিলবিয়ু। (রাজেন্না পীবা মতম অসিদা যমুনা থোরক্লল্লগা রাজেনবু উবদা চংখিবা) অদুগা মোহেন্দ্র! পঞ্চমীদি না-য়েকপা তৌদেদনা।

মোহেন্দ্র—মহাকস্থ হৌজিক মশা ঙমদদুনা লৈরি।

রাজেন— পঞ্চমীস্থ নারিবা করি ওইনা, কয়া কন্না?

মোহেন্দ্র- নখোয়দগী মশা ঙগদ ঙমদনা চৎপা অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা ঙমদদুনা লৈরি।

রাজেন— মোহেন্দ্র! ইমানা নাবা থর হেক ফবগা পঞ্চমীগী লাইয়েংনবা ঐনা ডাক্তর পুদুনা লাক্কনি।

মোহেন্দ্র—অদুগা রাজেন! নংনা ঐখোয় লাক্ত্রবদি লুহোংলোই হায়বগী মরম করিগীনো?

রাজেন— ইন্দোলগী কর্ম্ম লোইরগা পঞ্চমীনা নাবা ফবগা নখোয় ঐগীদা হান্না লাকখো। অদুগা লুহোংবগী রা থওগনি। এহাকস্তু ইমাগী ডাক্তর কৌগে হায়নদুনা থোরক্লিবনি। ঐ চৎলগে।

মোহেন্দ্র—চৎলো।

রাজেন— নংগী মীনা লৈহৌরি হায়ববু কদাইরাইদনো ?

মোহেন্দ্র—অসিরাইদনি।

রাজেন— লম্বীস্তু মতাং থোক্লে। অসিরাই ফাওবা রারি শাদুনা চৎমিন্নসি। লাকও মুমিৎ থেংখিনবনি। মী অদু কৌথোক্কুনা চৎনবা তৌখ্রে। (মোহেন্দ্রবু খুদাং পায়দুনা থোকখিবা, যমুনা থোঙ্গাল মনুং-লোমদগী পরপ পরপ থোরকপা। মোহেন্দ্রখোয়না চৎখিবা মাইকৈরোমদা য়েংদুনা লৈহৌবা)।

যমুনা— চৎখ্রে। মানবু ঐগীদমক্তা লেপ্পুনা লৈবিরবদি মুংশি মশাইগোন তম্মগে হায়ববু ঙসি ফাওবদা মপাও অমত্তস্তু ফংখিদ্রে। অস্তুক কুইরবগী মতুংদা ঙসি মশক উবা ফংজরগা রাহৈ অমত্তা ঙাংনবা ফংদনা চৎখ্রে। অমুক হন্না লাক্লরোইদ্রা ? করিগুম্বা ঙসি মানা অমুক হন্না লাকপা থোক্লবদি ঐবু পুবিগদবা লম্বিদা পুবিরো হায়গনি। (মাধবী থোরকপা) অদুদা মানা ............।

মাধবী— যমুনা করি তৌরি ? লৈশাবীনা থোঙ্গালদা লেপ্পুনা লৈরিবসিবু মীনা উরগা করি হায়গনি ? চংঙুনে।

( যমুনা চংথিবা ) করিনোনে হৌজিক কানগী অঙাংশিং অসিবু ( থোকথিবা )।

**মোহেন্দ্র**- হন্দক লুহোংবসিদা রাজেনগী মোত্তসু য়ানিংদবা লৈতেদনা, যমুনাদা মা অাশা লৈরম্মীদনা ( থোঙ্গাল লোমদা য়েংলগা ) নুমিত্তি থেংজিল্লকলে। অদুবু মাদি ( যমুমা মোহেন্দ্রবু উদুনা মুন্না য়েংবা off scine দগী ঈশৈ শকলকপা মোহেন্দ্র যমুনা রা ঙাংনবা ঙমদনা লৈবা )

## ঈশৈ ঃ

"নুংশি মৈনা চাকলে ঐদি
পাম্মু' রাখলনা ঙাওরে
রাশক তুমখুন তানজরে"
"শামিন্নসি নুঙাইবা য়ুম
চাক্লবসু অরাবা মৈনা
শিমিন্নসি নংগা ঐগা
থামিন্নসি য়াইবী থরাই"
( মাধবী চংলকপা )

**যমুনা**— মোহেন্দ্র।
**মোহেন্দ্র**—যমুনা
**মাধবী**— যমুনা।

( লাইট )

## ৬ভবা থৌরম

### লম্বী সহরগী

( ডাক্তর থোরকই। রাজেন্না তাম্নরকপা )

**রাজেন** — ডাক্তর বাবু।

**ডাক্তর** — করি ওইরবনো? রাজেন বাবু।

**রাজেন** — ডাক্তর বাবুদা করিগুম্বা অমত্তা Request তৌজগে হায়দুনা তাম্নজরকপনি।

**ডাক্তর** — করি তাকপিগদবা।

**রাজেন** — ইমাসু থরা ফরবনিনা ঙসি ডাক্তর বাবুগী থবক অচিনবা লৈবিদ্রবদি অনাবা অমত্তা লাইয়েংবিয়ু হায়ববু.........

**ডাক্তর** — কদায়রাইদা ওইরবনো?

**রাজেন** — লমদি থরা তামথ্রে। অদু ডাক্তর বাবুনা চানবিদুনা লেংবিরবদি ...... ভিজিৎ মতিক চানা তৌজগে।

**ডাক্তর** — ভিজিৎকী রাদি লাইরি। মদুদি পিরবসু পিদ্রবসু বেরা লৈজদে। রাজেন বাবুগী থবক্তবু করিগী ভিজিৎ ——নত্তে লম অদুবু মাইল কয়ানো?

**রাজেন** — মাইল ৭।৮ লোম ওইগদ্রা?

**ডাক্তর** — নারিবা মীশকপু কনানো? রাজেন বাবুখোয়গী Relation লা?

**রাজেন** — Relation মক্তি নত্তে। য়াম্না লুনা তিন্নবা খংনচান্নবা মীশকনি।

ডাক্তর— কনা ওইরবনো ?

রাজেন— ঐখোয়গী য়ুমদা লৈরম্বা দুকানগী clerk ওইরম্বা মোহেন্দ্রগী ৫চন মুপী পঞ্চমী হায়দুনি। ডাক্তর বাবুস্থ তাবিরিবা অদুমণ্ডাই! ঐখোয়গী Mother নদি ঐগা লুহোংগনি হায়দুনা মুপী অমা হায়নদুনা লোয়রে! অদুবু ঐগী পুক্নিংদদি হৌজিক হায়জখিব্রা পঞ্চমী হায়বী অসিবু লুহোংদুনা লোগে হায়না লেপখ্রে, অদুদা করিগুম্বা মুপীমচা অদুনা ফত্তমুংদা থোকখ্রবদি—

ডাক্তর— মদুগীদমক্তদি থোইনা চিংনবিরুগনু। মীবু পংশি শিবা য়াবরা? ঐনা হৌজিক হংজনিংবদি রাজেন বাবুগী পুক্নিংগী আশা অসি ইমা ইবেম্মদি থংদ্রিবরা?

রাজেন— থংহনজরে। পঞ্চমীগী রা অসি ঐস্থ নহান মথৈ ফুমদুনা থমজবনি অদুবু মতম্না য়ারক্তবনা ঐগী পুক্নিংগী আশা অসি ইমাদা তম্মু হায়না......

(মোহিনী চংলক্তুনা)

মোহিনী— হায়ররে। অদুবু রাফম অদু নমা ঐনা য়াগনি হায়না নিংব্রা রাজেন।

রাজেন— রাফম অদু য়াবদা ইমাদা থোইনা অকায়বা লৈতেনা।

মোহিনী— লৈতে। অদুবু রাফম অসি নমা ঐবু মীগী মমাংদা চংহাৎ হাৎপনি (ডাক্তরদা) ইবুঙোস্থ রাখন তৌদুনা য়েংবীয়ু মীগী মচা নিঙোল অমা রা লোইথোক-নরুরে। লুহোংনবা মুমিৎ তমগদবদা মণ্ডাইরে।

মসিদা হৌজিকপু হায়দোকপা তারবদি মীগী মমাংদা শিদ্রিবরা ?

ডাক্তর— থবক্তা মতাং অদু লৌশিনখ্রবদি ইন্দোল ইবেম্মনা তাকপিরিবদুস্থ: য়াম্না :চুমই। ক্লাক্কবদি- রাজেন:বাবুস্থ ইন্দোল ইবেম্মনা হায়রিবসি ব্লাখল অমুক্তং তৌবিয়ুদনা।

রাজেন— তরাথোকনা খনজরবগী মতুংদা ঐগী পুক্লিং অসিদা চপচানা লেপখ্রবা ঐগী আশানি। ইমাগীদি হায়রিবা অসিনি। ইমানা মচানি হায়না খনবিরবা অমদি নুংশিবীরবদি হন্দক্কী ব্লাফম অসিদা নচাবু অমুক ওৎপিরগনু। য়ারবদি ঙসিমক মুপীমচা অদুগী ময়ুমদা চৎতুনা হায়দোকপিখো।

মোহিনী—হায়দোক্কনি চপচানা হায়দোক্কনি। নংনা ঐগী ব্রা ইন্দ্রবনিনা নংবু ইচা নত্তে হায়না মীপুম খুদিংদা হায়দোক্কনি। নংনা পঞ্চমী লুহোংড়ুনা নংগা মাগা লৈমিন্নবা মুমিৎ অদুদা নংগা ঐগা কায়নবা। নং নত্রগা ঐ অনিগী মরক্তা য়ুম থাদোক্কনা চৎখিবা।

রাজেন— ইমানা য়ুম করিগী থাদোক্কদগে! ইমানা য়ুম থাদোকৃত্রিঙৈ মমাংদা পঞ্চমীনা চংবা য়াদবা য়ুম অদুদা নচানা চংলক্কনি হায়বা থাজবিরুগনু।

মোহিনী—অদুরা! পিশক পিকলিঙৈদগী নংগী ফনবতা থল্লকলবা, নংগীদমক্তা রারকলবা, নমা ঐবু মীগী মমাংদা চংহাৎ হাৎপা ওম্বা নংবু ইচানি হায়ডুনা করি

কাম্নগনি। পঙ্গীবু নংনা লুহোংড়ুনা লৌবা মুমিৎ অদুদগী হৌড়ুনা নংনস্থু ঐবু নমানি খনদ্রবা, ঐনস্থু নংবু ইচানি খনদবা। নংনা চৎনিংবা মায়কৈদা চৎখিবা য়ারগনি। নংগা ঐগা লোইনরবনি ( থোক-খিবা )।

**রাজেন**— তানিরেদনা ডাক্তর বাবু? রাফম অসিনা অসি য়োনরবা অসিদা করিগুম্বা মুপীগচা অদুনা ফত্ত-মুংদা থোকখ্রবদি?

**ডাক্তর**—অদুদা রাজেন বাবু? লমনা মাইল ৭।৮ লাপখ্রবা অসিদা হয়েং অয়ুক ওইনা ........।

**রাজেন**—হয়েংগী মতম অমুক থম্বীরগনু। য়ারবদি ঙসিমক please। চাক ঈশিংগী থবক লোইথোকপিরমউ। ঐ Motor পুদুনা লাকচরগে।

**ডাক্তর**— ফনি।

**রাজেন**—অদুদি লেংঙো ঐস্থু লৈজহৌরগে।

**ডাক্তর**— লৈবিহৌরো। ( অনিমক চংখিবা )



## ১৭শুবা উৎপা

### —মোহেন্দ্রগী মাঙ্গোল—

( পঞ্চমী হিপ্তুনা লৈরমই। মশা অদু য়াম্না শোক্নে মোহেন্দ্র মকোই মরাং ইচোম চোম্লদুনা ফমদুনা লৈরমই )।

মোহেন্দ্র — ঙসি অসি লেনথ্রবদি ঈশ্বরনা কৃপা তৌবা য়াই, করিগুম্বা পঞ্চমীস্থ ঙসি লৈখিদ্রবা থোক্লবদি মৈচাক পুন্নমক অসিবু খাংদুনা সংসার অসিদা ঐনা করম লৈগনি। হ—হ—হ—, অসিবা সংসারদা মীওইনা পোকপগী সুঙাইবা হায়বদো।

পঞ্চমী — তাদা—তাদা !

মোহেন্দ্র — করি হায়বগে ইবুং অসিদা লৈ।

পঞ্চমী — তাদা ঐ য়াম্না ৱারে। হৌগত্তুনা ঙাইহাক্তা ফমগেবা।

মোহেন্দ্র — ফম্বনা অমুক হেন্না ৱারনিনে পঞ্চমী। নিংথিনা অদুম হিপ্লু কৈদৌবগে ইবেম্মা।

পঞ্চমী — অমুক্তা ফমগে তাদা !

মোহেন্দ্র - ফরে ফম্মু ২।

পঞ্চমী — তাদা ঐনা করিগুম্বা লৈখিদবা থোকলবদি নংগী সেবা কনানা তৌবীহৌগনি তাদা।

মোহেন্দ্র — পঞ্চমী ! ইবুংগী ইবেম্মা ! অদুগুম্বা ৱা অদু করিগী নচিন্দা পাল্লিবনো ? অদুগুম্বা ৱাথল থনগন্নু। ইচনবু করিগী শিগদগে ? মীওইবনা পোক্লগা না-য়েক তৌবা হায়বসিদি হৌনশানি। মরাইনা ফজগনি। তুমিন লৈয়ু। নিংথিনা পোথাও।

**পঞ্চমী—** তাদা মীওইনা পোক্লবদি অমুক শিবা হায়বা অসিদি শোইদবনি নত্রা? মদুনা অচুম্বা ওইরবদি নংগী চাক ঈশিং কনানা থোংবীগনি।

**মোহেন্দ্র—**পঞ্চমী ইবুংগীদমক্তা করি অমত্তা খনগনু। নুঙাইবা রাখল খন্দুনা লৈয় ঙাংলগনুবা।

**পঞ্চমী—** হ—হ—হ তাদা! নুঙাইবা হায়বদো নং ঐগীদি য়েক্লবনি। মাগী রা পনগনু। ঐখোয়গী মরুপতি অরাবনি। সংসার অসিদা লাকপা মতমদা অরাবগা লাকমিন্নবনি। হনখিবা মতমদসু অরাবগা হনমিন্ন-খিগদবনি।

**মোহেন্দ্র—**নংনা হায়বা পুম্নমক চুমই। তুমিন লৈয় রা ঙাংগনু।

**পঞ্চমী—** ঐনা হায়বদি চুমদবদি, অরাবা কয়াগী মথক্তা অরাবা কয়া খাংলক্লবী ঐনি। তাদা—রা অমত্তা হংগেদো?

**মোহেন্দ্র—**হংঙু। করি রানো?

**পঞ্চমী—** নং খুমগদ্রা?

**মোহেন্দ্র—**করিগী খুমদনি।

**পঞ্চমী—** তাদা! নং তামো রাজেনগী লুহোংবা চৎকদ্রা?

**মোহেন্দ্র—**চৎকনি। নংসু নাবা ফরগা ঐনা পুবিগনি নিংথিনা পোখাও।

**পঞ্চমী—** উম: নং নতোমতা চৎলু। ঐদি চৎনিংদে। ঐনা চৎলবদি তামো রাজেন ইকাইগনি।

মোহেন্দ্র—করিগী ইকাইগদৌরিবা পঞ্চমী।

পঞ্চমী— মচনগী মমাংদা মবুংনা লুহোংবা ইকাইদে হায়বরা। মহাক লুহোংগু হায়বা য়ারোই। মাগী লুহোংবা কায়দনবা ঐহাক লোৎখ্রগে।

মোহেন্দ্র—পঞ্চমী! তুমিন লৈয়ুনে ইবুংগী ইবেম্মা! নংনা অদুম্মা ঙাংলে হায়রগা ইবুংবু লৈফম থগুদ্রে। ইচন শোয়দনা ফরগনি।

পঞ্চমী— তাদা! ঐ পোথারগে অদুবু ঈশিং থজিক্তা পিথকউবা তাদা, থবাক্তা চাকলিবসি ফবরা য়েংগে।

মোহেন্দ্র ঈশিং থক্লগা চাক্লিবদু অমুক হেল্লোইদ্রনে পঞ্চমী।

পঞ্চমী—মতম অমদা মীগী অন্নাবা থোরাংবদি ঐনা কোকহনথি। ঙসি ঐনা খোরাংলবা চাক্লবা মতম অসিদা মৈচাক অসি কোকহনবীনবা, তাদা নং নত্তনা ইনাক অসিদা কনা অমত্তা লৈখিদরে। অদুবু নংস্থ ঐগী অরাম খোরাংবা অসি———।

মোহেন্দ্র—তুমিন লৈয়ু। ন্না ঙাংগনু। ইবুং ঈশিং লৌথোকউখিগে।

পঞ্চমী—তাদা ঈশিংদি চাকথুমদগী (ঈশিং পুথোকপা পঞ্চমী থকপা)।

মোহেন্দ্র—হৌজিক্তি নিংথিনা পোথারো ন্না ঙাংগনু।

পঞ্চমী— তাদা ঙরাং মংদা নং লুহোংঙে হায়না তৌরমইদো। অদুবু লুহোংবা অহিংদা ঐখোয়গী যুম মৈ চাক্লমইদো। নং শিরমইদো। ঐনা কপলমইদো।

মোহেন্দ্র—পঞ্চমী! মংগী ন্নাবু ন্না ওইনা লৌবা হৌনবরা?

তুমিন লৈয়ু (যামিনি চিঠি অমা পাইদুনা চংলকপা)

মোহেন্দ্র—করিনো যামিনি।

যামিনি— ঐখোয়গী তাদা ওরাং ইম্ফালদা চৎলুই। অদুদা ইম্ফালগী মী অমনা চিঠি অমা পীরকই। মদু পীবা লাকপনি। সে (পীবা) চৎলগে।

মোহেন্দ্র—চৎলো (যামিনি চংখিবা মোহেন্দ্র চিঠি ফাক্তোকতুনা পাবা) পঞ্চমী নংগী তামো রাজেন্না হৌজিক ডাক্তর পুদুনা লাক্লগনি। নং করিমত্তা ৱাগনু।

পঞ্চমী— রাজেন!

মোহেন্দ্র—অং! নংগী তামো রাজেন্না নংগী লাইয়েংনবগীদমক্ত ডাক্তর পুদুনা হৌজিক লাকনি।

পঞ্চমী— রাজেন! হ—হ—হ— যণ অমা চংলে। যণ অি ওম্থোক্লা মায় পানখিদ্রেদা।

মোহেন্দ্র—যণদি কদায়———?

পঞ্চমী— হ-হ হ তাদা তামো রাজেনগী লুহোংবদা ঐনা কি পোৎপাংগনি? তাদা ঐগী উপু মথক্তা লাইফদিবি অমা লৈহৌবনি মদু অমুক্তা লোথোকপিরুচো।

মোহেন্দ্র—করিগীনো?

পঞ্চমী— রা নৈ লোদ লোথোকপিরুচো (মোহেন্দ্র চংখিবা রাজেন! হ—হ—হ (মোহেন্দ্র লাইফদিবী পুদু থোরকপা)

মোহেন্দ্র—সে—সে (পীবা)

পঞ্চমী— মদু ঐঙোন্দা পীরিবা করিগীনো? রাজেন্দা পীগদবনি

মোহেন্দ্র—মসিদি মাঙোন্দা করি কায়গনি।

পঞ্চমী— মাঙোন্দা পীদা পীয়ু। মাগী মচা পোক্লগা মচাগী শায়নবনি হায়য়ু। লুহোংবগী পোৎপাংনি হায়য়ু।

মোহেন্দ্র—মহাক লাক্লগা মহাক পিয়ুদনা ?

পঞ্চমী— ঐনা পিরবদি মহাক ইকায়দুনা লৌ হায়বা য়াররোই। সে শোইদনা পিয়ুকো (পীবা) তাদা মহাক শোয়দনা লাক্কনিকো।

মোহেন্দ্র—লাক্কনি।

পঞ্চমী— ডাক্তর পুরক্কনিকো ?

মোহেন্দ্র - পুরক্কনি।

পঞ্চমী— ঐ ফরনিকো ?

মোহেন্দ্র—ফরনি।

পঞ্চমী— হ-হ—হ-হ-হ।

মোহেন্দ্র—পঞ্চমী।

পঞ্চমী— তাদা মহাক লাকত্রিডেদা ঐহাক কৌরবনা হাল্লে। চত্তবা য়াদ্রে।

মোহেন্দ্র—নংবু কনানা কৌরিবা ? কনাসু লাক্কে তুমিন নৈয়ু।

পঞ্চমী— ইমা লাকলিবসিদি ? ইমানা ঐবু কৌরিবসি নং তাদ্রা তাদা।

মোহেন্দ্র—পঞ্চমী ইবুংগী ইবেম্মা !

পঞ্চমী— ঐবু কৌরেনে তাদা।

মোহেন্দ্র— পঞ্চমী।

পঞ্চমী— তাদা ! ঐ চৎলগে ! ঐ—চৎ—লে।

**মোহেন্দ্র**—পঞ্চমী।

**পঞ্চমী**— তা———দা (শিবা)

**মোহেন্দ্র**—(কপ্পা) পঞ্চমী! ইবুংগী ইবেম্মা! ইবুংনা কৌরি-
বসি অমুক্তা খুম্মুগবা! ইমাস্থ লৈত্রে। ইচিন
ইপ্‌্বাদা লৈবদা নংস্থ ইবুংবু ছন্দোকলম্নগা ইমাগী
মতুং ইনখ্রবরা? পঞ্চমী ইবুংগী ইবেম্মা!

**রাজেন**— (মপান্দগী) মোহেন্দ্র! মোহেন্দ্র!

**মোহেন্দ্র**—কনানো? কনা········· (রাজেন ডাক্তর চংলকপা)

**রাজেন**— মোহেন্দ্র!

**মোহেন্দ্র**—রাজেন।

**রাজেন**— ডাক্তর পুরক্লে।

**মোহেন্দ্র**—ডাক্তর! রাজেন ডাক্তরগী কাম্নবা লৈত্রে।

**রাজেন**— করি হায়বা মোহেন্দ্র!

**মোহেন্দ্র**—পোকপদগী মুঙাইবা শরুক ফংজরক্ত্রবী এগী ইচন
মুপী পঞ্চমী, লায়রবা মবুংগী থমোই কাইহল্লমলগা
ওসি সংসারদগী·········।

**রাজেন**— পঞ্চমীবো?

**মোহেন্দ্র**—বীদায় লোখে্র।

**রাজেন**— মোহেন্দ্র!

---

## ১৮শুবা উৎশা

### —রাজেনগীদা তাংলম্বা মোহেন্দ্রগী য়ুম—

রাজেন— (ইমুংদগী— থোরক্লুনা) এনা খোংহৌ থরদং তপখিবা মরম্না............। করিগুম্বা অয়ুক চংলম্নবদি .......!
সংসার অসিদা মহাক লৈত্রব্রা ? মকম কদায়দন্নু অমুক থিবা ফংলরোইদ্রা ? মকম অসিদা মানা লেপ্লি। এনা অসিদা ফম্মী। মকম অসিদা মতম অমদা এগী পুক্নিংদা............ মকম অসিবু স্বর্গগী নন্দন কানন্দগী হেন্না নিংথিজরম্মী। অদুবু মানা চৎখিবগা লোয়ননা পুদুনা চংখ্রে। থনমলে অরাবা নিঙমদবা (কুমার চংলকই। চপ লেপতুনা লৈ) কুমার ! করি হায়নিংবা লৈ।

কুমার— বাবু !

রাজেন— কুমার নংগী মাইথোংদা অরাবা উবদি করিগীনো ?

কুমার— বাবুনদি চাও থকউ য়াদবমথৈ সুমিৎ চুপ্পা অঙাও-বগী মতাগুম্না............।

রাজেন— এনা ফংলিবা মৈচাক অসিগুম্না কনাগুম্বা মী অমনা ফংলবস্নু মহাক অদু শোয়দনা ঙাওগনি। কুমার ! এনা ঙাওরোইদবসি....... কদায়দনো ? মাবু য়েংহন-নবগীদমক্তা এনা ডাক্তর পুদুনা চৎলবা মতমদা মখোয়গী মাঙোল হেক য়োবা মতমদা মাগী পুন্সিগী অরোইবা পুংফম ওইরম্মী। মখোয়না

লরাইদা চৎখিবা মুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐগী ইপাও অমত্তা পিখিদে। মহাক্না ঐবু কয়াগী মতিক রারোরমগদগে. হায়বগী রাখন্না ঐগী থমোই অসিদা তাশোন্না থিনবগা মান্নরবনি। পুক্নিং অসি ঙাইহাক য়োনা পোত্থাক্ষম থংখি-রে।

**কুমার—** রাজেন বাবু! লৈখিদ্রবা মীগীদমক্তা অরাবা রাখন্না লাইনা অমা ওইদুনা পুন্সি ময়েং তানবনি। মীওইবা হায়বা অসি, অসি ঙাক্তনি লাইবক্তা তন্নরমদ্রবদি পাম্মু ২ কায়নবা, মুংশি ২ শেৎনবা হায়বসি হে'নশ'নি। অদুবু কাওনবা হোৎনদ্রবদি করম্না মীওইনা পানগনি।

**রাজেন—** অচুম্বনি। কুমার! পঞ্চমীগুম্না নং ঐসু নোংমদি শোয়দনা শিরগদবনি। অদুনি হায়দুনসু ময়াগী সংসার অসিদা কাউনবা হোৎনরুবনা থোয়না হেন্না নিংশিংক্ষম ওইরক্লে। নত্তে কুমার মাগী রাসি তোক্লসি।

**কুমার—** হৌজিক্তি পঞ্চমীসু লৈত্রবনিনা অহল-লম্মনগী য়াথং ইনবগী মশক ওইনা ইমুংগী থবক ইনথাংদসু ইন্দোল ইবেম্মগী মতেং থন্না ওইননবা যক্সাগা লুহোংনবা মুমিৎ লেপ্লসি হায়ববু করি অমুক থনবীরিবগে?

**রাজেন—** চুম্মী কুমার! হন্দক্কী লুহোংবা অসিদা ঐগী করিসু হায়নিংঙাই লৈতে ইমাদা পাম্বা মুমিত্তা হেক্তা হোংবা য়াম্নগনি।

কুমার — ইন্দোল ইবেম্মনা পাম্বদি মশেম অসিমক……।

রাজেন — থৌরাং অদুবু নখোয়না ঙমগনি হায়রবদি — কৈ কৈদৌবগে ইমানা নিংবতা তৌ হায়য়ু।

কুমার — মতম্নদি লৈত্রবনিনা থবক অদু পাঙথোক্লবা ইন্দোল ইবেম্মাগা রা থরদং তান্নজরুথিগে। (ইমুংদা চংখিবা)

রাজেন — (ফুরিৎথাওদগী পঞ্চমীগী ফোটো লৌথোক্লুনা) পঞ্চমী নংদি তারিরোইদকো। নংগী রাজেন্দি অতোপ্পা মুপী অমগা লুহোংবা তারে। নংনা ঐবু শাউগদরা? পঞ্চমী নংনা নচিন্দদি শাউদে হায়শিন্নরগা নংনা মুঙাইতবা অদুদি ঐ চপ চানা খঙই! অদুগা ঐগী থমোইদা চাক্লিবা মৈচাক অসিদি নংদি উদ্রবরা?

ঈশৈশ ঃ—

"নিংনা শোন্না লোইরেদো
আশা মন্নোল কংলেদো
ও! থাইনা মৈশা লাংলেদো"
"তাররোই মুংশি খোঙ্গেল
উররোই অমুক হন্না
মুংশি মাগী চেংলোদো"
"চেক্লা কোলোই মুংশনবী
থমোইগী চেক্লা মুংশিবী
পাইথরে তাইবংগী রাংমদা"

(মোহিনি হরাওনা থোরকপা)

মোহিনী — রাজেন!

**রাজেন**— ইমা !

**মোহিনী**—নংগী নরা তাবদা ইমা মুংঙাইরে। নংনা লুহোংবা য়াবসিদা ইমা মুংঙাইবনা লোইরে।

**রাজেন**— ইমা ! নং মুংঙাইরবরা ? মসিদগীসু হেন্না মুংঙাইবা পাও অমা তারবরা ইমা।

**মোহিনী**—করি পাউ, তম্মু ইমাদা, করম্বা মুংঙাইবা পাউনো ?

**রাজেন**— ইমা ! পঞ্চমী ! সংসার অসিদগী বিদায় লোখ্রে। অদুবু ইমা, লাইবক থিবী পঞ্চমীগীদমক্তা কপ্পী-গদবদি ইতোমতা। ইমা ! নংগী হরাওবা মুংঙাইবা অদুনদি নচাগী অরাবা মৈচাক অসিদদি হন্দক্কী মপোক অসিগী মুথৎপা ঙম্মরোই। চৎলো ইমা ! নংগী মুংঙাইবনা ঐপা অরাবদা অমুক ওৎলগনু ( মোহিনী চংথিবা ) পঞ্চমী ! নং তারবরা ? নংগী রাজেন লুহোংগদৌরে। মতম অমদা নংগা ঐগা বাইসিকেলদা…………

## য়ৈশেং— ( ভক্তগী )

মিৎকা মিৎকা লোনজানবা

× × × ×

× × × ×



## ১৯ শুবা মতাং

### —লবাইগী লম্বী—

[ মোহেন্দ্র অল্লাবনা ফিজেৎ ওইনা চংলকপা ]

মোহেন্দ্র– পুন্নমক কায়ন মৈচাক্তি থাওবা ওল্লগা মহাক কায়নবগী মৈচাক অসিবু কোকপা ওম্মরোইদ্রা ( কুমার চংলকপা )

কুমার— মোহেন্দ্র বাবু !

মোহেন্দ্র—এঃ কুমার বাবু।

কুমার— মোহেন্দ্র বাবুদি ঈশৈ শকপা য়াম্না হৈনা ?

মোহেন্দ্র—হ—হ—হ কুমার বাবু — ঐনা হৈবা নত্তে। ঈশৈ অসিনা ঐবু হৈহনরনি। ঈশৈ অসিগী পাঙ্গলতনা ঐনা ওসি ক্ষাওবা মী ওইনা হিংদুনা লৈরিবনি। ঈশৈ অসিনা ঐগী থব্বাইনি। নত্তে কুমার বাবুবু কদাইদা লেংলুম্লিবনো ?

কুমার— মোহেন্দ্র বাবু! রাজেন বাবুগী লুহোংবা হংচিং তারে। অদুগীদমক্তা মাংজোননা বার্ত্তোন তৌবা লাকচরিবনি ( বার্ত্তোন পীবা ) অসি অমুক্তা .... .... ....।

মোহেন্দ্র · বার্ত্তোন।

কুমার— লেংঙক্তবা য়াদেকো ?

মোহেন্দ্র—হোই লাক্লবা হোৎনজগে। করিগীসু লাক্কদগে।

কুমার—অদুদি ঐসু লুহোংবগী থৱা নোমথোৎচরুখিগে। কায়নরসি।

মোহেন্দ্র—ফনি। লেংঙো লুহোংবা কায়দনবা..........।
কুমার— ফনি (চংখিবা)
মোহেন্দ্র—লুহোংবা কায়দনবা ... .... .... অদুগা ঐগী থমোইনা কায়বা হ—হ—হ হংচিৎ লুহোংবা? হংচিৎ—? (মুমিৎ পাবা, খুদোপ উবা) হ—হ—হ, খুদোপ নংদি ঙসি ফাওবা লেংদবা লৈরি। অদুবু নংগী নপু অদুদি নংগী ননাক্তা লাক্লরোই। নংসু মাগী মনাক্তা চংগ্রো। নংনা ঐবু অমুক ওৎলগনু। কাউগে নিংবা পুন্নমক নংনা ঐবু কাউহল্লোইদোরে। নং ঐগী য়েক্লবনি। নংবু ঐনা .... ... .... (লৌথোক্কে তৌবা) নত্তে ঐগী রাখল লানখ্রে। নং ঐগী মরুপনি।

ঈশৈ:—

নুংশি মৈনা চাক্লে ঐদি
× × × ×
× × × × (চংখিবা)

---

## ২০শুবা উৎপা

### (রাজেনগী য়ুম)

[যমুনা নিংবা কায়বা মাইথোংদা ইমুংদগী থোরক্লুনা]

যমুনা— অহল-লম্মনগী য়াথং ইল্লো ঐবু কাউখ্রো হায়না পীরকপা চিঠি অদুবু মহাক্না থাগৎশেংনা পীরকপা

ওইরিগদ্রা ? নত্রগা ইমাখোয়না খুজিল তৌদ্রুনা ঐবু পাহনবা লৌনম্বা চিঠি ওইরিগদ্রা ? মসিনা অচুম্বা ওইরবদি ঐ লুহোংঙে তাবদা মহাক্না করি ওইরিগনি ? তোনখ্রেদা মুপীগী মপোক। করিগুম্বা মহাক্না............।

(রাজেন—কুমার চংলকপা উত্তুনা ইমুংদা চংখিব্রা। রাজেন কুমার চংলকপা চেয়ারদা ফম্বা।)

রাজেন—কুমার! হন্দক ইমাখোয়গী বা ইন্দুনা ঐনা মমনাবু লুহোংবা অসি অয়ানবা অমনি।

কুমার— করি লাল্লবগে ?

রাজেন লুহোংবা মতুং গুসি ৭৮ নি শুজিল্লক্রে। অদুবু মাগী মশাদা সুংঙাইবা করি অমত্তা লৈতে। মুখিং চুপ্পা চিন্তা তৌদুনা লৈবা নত্তনা মাগী মাইখোংদা লোকপা উদে!

কুমার— মদুদি রাজেন বাবু হৌনবীনি।

রাজেন - মরমদি — ?

কুমার— হায়বদি লুহোংবা নৌরিদুনা ইকাইদুনা তৌজরিবনি।

রাজেন— মদুসু ওইরম্বা য়াই। অদুম ওইনমক লুহোংবা মতুং ৭৮ নি শুজিল্লক্রববু ইকাইরিবনি হায়দুনা রাম্সু লাংসু ঙাংদনা সুংনা শাবা মুত্তিগুম্না অসুম্মক লৈবা অসিবু ইকাইবা ওইবা য়ারোই। ঐনা মাবু লৌরুবসি য়াম্না চুমদবনি। কনাগুম্বা মরুপ মপাং অমগী নিংবসু থুগাইবা। মমুনাগী নিংবসু কায়হল্লা

মচুগী পাপনা ঐগী মিৎ অসিদা যমুনাগী মাইথোংদা অন্নাবা নত্তনা নুঙাইবা উবা ফংদবনি।

**কুমার—** খনবিরিবদো অরানবনি।

**রাজেন—**লান্দে করিগী লানগনি, ঐগীস্থু নুংশিনবা লৈরমই। যমুনাগীদি করিগী লৈরোই? মহাক নুপী অমনি।

**কুমার—** মহাক্কী নুংশিনবা লৈতে হায়বগী প্রমান্দি মহাক অহল লম্মনগী য়াথং ইন্দুনা লুহোংবা য়ারিবা অসিনি।

**রাজেন—** হ—হ—হ মচুরা? মচুদি নম-হ'চুনা অহল-লম্মনগী খুজিন্ননি খঙলবরা? মসিনিদো নুপীগী মপোক য়ান্না তোল্লি হায়রিবসে। মহাক্কী নুংশি-নবা লৈ হায়বগী খুদমদি মহাকপু লুহোংবা গুমিত্তা মাবু থিল্লকপা মতমদা যমুনানা ইকাই ইকি য়াংমা লান্দুনা য়াম্না মথল্লাই শোকনা কপখি। মচু ঐগী ইনাকোংমক্না তাহোরবনি। হ—হ—হ মাবু লুহোং-লগা পঞ্চমী কায়নবগী মৈচাক অচু খরা কোক্কদরা হায়ববু নিংলুবা ঐগী য়াথন্না অহেনবা তাখ্রে। করিগুম্বা মপুক্লিংগী য়া অমা হংদোক্লমলবদি ঐগী থমোই অসিদা অসি য়োনা চৈনা ফংলমলোই-দবনি। নত্তে কুমার? যমুনাবু কৌথোরকউ। ঙশিংগা থাওগা তিন্নবগুম অমুক নুঙাইতনা লৈমিন্নগদবগী শরুকপুদি ঙসি মাগী অরেপ্পা অমা খঙদোকলগা করিগুম্বা মাগী হায়ন-শিংনজবা লৈরম্বা থোক্লবদি নৈতৈ সমাজদা চৎনদ্রবস্থ ঐমা মবুং শকুনা

মহাকপু মী অদুগী মথুন্তা শিন্নগনি। চৎলো কুমার ? যমুনাবু কৌথোকউচো ( কুমার চৎখিবা ) ঐনা মাবু থাদোকপা তারবদা মীনা ঐবু করি হায়খিগনি। অস্নুক মুঙাইতনা লৈমিন্নগদবগী শরুকপুদি মুঙাইনা খনবা রাখম্না চুম্মী ( যমুনা থোরকপা ) যমুনা!

যমুনা— তাকপিয়ু।

রাজেন—ঐন হায়গদোরিবা রা অসি তারগা নং নপুক্লিংদ। রারৌবা অমদি মুংঙাইতবা তৌগনু। নং ঐ অসে পুকচেন খঙনদনা অহল-লম্মনগী থৌরাংদগী লুহোংবনি। নত্রা—অদুদি নংগী পুক্লিংগী রা খঙদ্রিদ্রৈদ ঐগী পুক্লিংগী অওইবা অশেংবা রা খরা হায়গে। মতম অমদা মহাক ঐহাক লৌন-লৈনসি হায়ন লেপনবা, ঐগী হায়ববু মহাক্না লোইরে হায়ন। খল্লম্বা কনাগুম্বী অমা লৈরম্মী। অদুবু মহাক অদু ঐগী থমোইবু কায়হল্লমলগা মতম চাদনা নোঙ্গাখ্রে। মহাক কায়নবগী মৈচাক থরামখৈ কোকপা ঙমগদ্রে। হায়দুনা নংবু ঐনা লুহোংলুবনি। নংনা নোকপা, হরাওবা উরগা ঐনা খল্লমই, মৈচাক অদু কোকখিগনি হায়না। অদুবু অরানবা রাখল ওইদুনা নংনা অমুক অনৌবা মৈচাক পীরম্রে। নীংবা খুংদনা নোঙ্গাখ্রবী মহাক্কী মফমদা লৈখিবা ঐগী অদুগুম্বা খুংশিবা অদুদি হন্দক্কী মপোক অসিদা

নংগী নক্ষমদদি লৈররোই। অদুনি হায়রুনসু নংবু শুহোংদুনা লৌরুরবনিনা নংনা লেংদনা লৈরবদি সুপী নংগী মপোক অদু অরেম্বা তাহল্লোই। নং অসিবু ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী অমনি হায়না পুক্লিং অসিদা চপচানা লেপকনি।

যমুনা— মাদুতনি সুপী ওইবীশিংনা পামজরিবসু।

রাজেন--অদুদি ঙসি ফাওবদা নংগী মাইথোংদা হরাওবা উদবদি করিগীনো? নংসু নিংবা কায়রবী অমরা নংগীসু সুংশিনবা লৈ'মত্রা? খুম্মু অওইবা রা অদুতা হায়দোকউ। নপুক্লিংদা রা থমগনু। হায়য়ু যমুনা-? —? ঐ খঙলে নংগীসু লৈরমই। নত্রা যমুনা নংদি য়াম্না সুংশিহৈতেনা? নংনা অহল-লম্মনগী য়াথং ইল্লিবনি হায়দুনা মহাক অদুবু করিগী খান্না মৈচাক পীবগে? লিম্না চিকপগী চৈনাখোন্দি লিম্না চিকপ মীতনা খঙবগুম্না মহাক অদুনা কয়াগী মত্তিক রারমগদগে হায়বদো ঐ চপ চানা খঙই। মরমদি—ঐসু কায়না মৈচাক ফংলবা মী অমনি। সুংশিববু করিগী শান্নপোৎকুম থনবগে, সুংশিবগী-দমক্তা থরাই থাবা ঙমী হায়বসে নং খঙদ্রে? করিগী পুকচেল অদুক য়াংবগে? (মোহেন্দ্র চংলকপা রাজেনদি উদবা) হায়য়ু নংগা সুংশিনরম্বা, মরি লৈনরম্বা মীশক অদু কনানো। মগিংনা করি কৌবগে? মাগী ময়ুম্না কদাইনো?

মোহেন্দ্র রাজেন ———।

রাজেন — মোহেন্দ্র ———। (অনি কোন্নবা)

মোহেন্দ্র নুপী ওইবীগী মক্তমদা অদুগুম্না রাহং হংদুনা যমুনাবু করিগী অরাবা পীখিরিবনো ? (যমুনা চংখিবা)

রাজেন— মোহেন, চেয়ার অসিদা ফম্মু (মোহেন্দ্র ফম্মা) যমুনা, চানচিংবা অচা-অথক থরা পুথোরকউ। মোহেন্দ্র, নংনা ঐগী লুহোংবা লাক্তি্রবা করিগীনো বার্তোন ফংদবরা ?

মোহেন্দ্র—বার্তোন ফংদবা নত্তে। কুমার বাবুনা মতমচানা পীখিরে।

রাজেন— অদুদি করিগীনো ?

মোহেন্দ্র - রাজেন, নংগী লুহোংবদা ঐনা লাকনিংবদি করি অমুক হায়গনি। মদুবু ঐনা লাকখিদবগী মরমদি ঐগী ফিজোন হায়ববু অসিনা লোইরেনে রাজেন।
(শেৎলিবা মফি উংপা)

রাজেন — অদুম্না লাক্লগা করি অকায়বা লৈবগে মোহেন্দ্র।

মোহেন্দ্র—রাজেন ঐগীদি অকায়বা লৈতে, অদুবু নংগী লুহোংবা মুমিত্তা ঐনা অস্নুমনা লাকলগা মরুপকী মাই থিগদরা, নংগী অকায়বা থোক্দরা হায়দুনা লাক্তবনি অদুনা নং ঐবু রারোগনু।

(যমুনা চানচিংবা অচা-অথক থরা পাত্র অমদা হাপতুনা পুথোরকপা, লৈবাক্তা থনমলগা চৎকে তোবা)

রাজেন—যমুনা, লৈবাক্তা করিগীনো ? নথুংমক্রা পীয়ু ফমলিবা

লুপা অসি কনানো হায়বদো নং মশক খঙত্রমারে, রাজেনগী অমত্তা ঙাইজরবা মরুপ মোহেন্দ্র হায়বা অদু অসিনিদনা যমুনা। নখুৎমক্তা পীবদা করিগী হঙোইরি। করিমত্তা হঙোইগনু—। ( যমুনানা পাত্র অদু মোহেন্দ্রদা পীবা, মোহেন্দ্রনা পাত্র অদু মখুৎনা শোক্লগা )

**মোহেন্দ্র**—ওকলে—— ( মখুৎনা জুম তৌবা )

**রাজেন**— করি তৌরে মোহেন——।

**মোহেন্দ্র**— রাজেন, মসিদি লাইরবগী চিঙ্গাক নত্তেনা——

( যমুনানা পাত্র অদু টেবলদা থনকগা চংখিবা, অদুগা মিহুৎথোং মরুমদা লৈরখা—— মোহেন্দ্রবু য়েংদুনা লৈবা ) মসিসী রাসি লায়রি রাজেন। ঐনা ঙসি লাকপগী মরমদি নংগী লুহোংবদসু মত্তমচানা লাকপা ঙমহৌজ্রবনিনা ঙসি অসি নংগী নকমদা খুদোলগী মশক ওইনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তং পীগে হায়দুনা লাকপনি। লাইরবগী খুদোল পোৎনি খনবীদনা মরুপকী পীজনিংনা পীজবা খুদোল পোৎনি খনবীদুনা লৎনবা লৈতনা তরাম তরাম লোকো রাজেন।

**রাজেন**— মোহেন, করি পোৎনোনে—? কদায়—?

( মখুত্তি তিংথোক্লগা মমিত্তি মোহেন্দ্রদা য়েংবা )

**মোহেন্দ্র** রাজেন, মনুং মতম চাদনা নোঙাখুৎবী ঐগী পঞ্চমীনা সংসার থাদোক্লমদাইদা পোৎশক অমা নংঙোন্দা

পীয়ু হায়না ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী। রাজেন — ঐগী ইচল পঙ্কমীন। করি হায়না মবুং ঐঙোন্দা শিন্নদুনা পাওমেল্লম্বগে খঙলবরা মদুদি— "পোৎশক অসি নংগী লুহোংবগী পোৎপাংনি। নংগী নচা পোক্লগা শান্নহল্লু" হায়বীয়ু হায়না হন্না হন্না তোয়না ২ পঙ্কমীনা ঐঙোন্দা শিন্নরমই রাজেন। (ফুরিংখাঙ-দগী লাইফদিবী লোথোকপা) লাইরবী নচনগী পোৎপাংগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা পোৎশক অদি লৌরো, রাজেন। (লাইফদিবী পীবা)

রাজেন লাইফদিবী অদু উবদ মমাংঙৈগী থোকখিবা থৌদোক অপুম্বা নিংশিংহৌরগা মুংগী মুর্ত্তিগা পাংখক ওইখরে।

[কপক্লুনা] পঙ্কমী, ইবুংগী ইবেম্মা ইচলনা শিন্নরম্বা শিঙ্গা অদো ঙসি লাইরবা নবুং ঐনা পাংথোক্লে। নংগী তাযো রাজেন্না নংগী খুদোল লৌরিবসে স্বর্গগী থোংগী নাতৈ কাংদুনা য়েংহৌরো ইবুংগী ইবেম্মা [মপি তৈথোকপা] রাজেন ইচল যমুনাগী মফমদমু খুদোলপোৎ অমত্তংগা ইখুৎমক্রা পীরমগে হায়ববু নং রায়োগদরা।

রাজেন— [তাইবংদা জ্ঞান তাদনা] করিগী? পীয়ু করি তৌবগে— —।

মোহেন্দ্র- যমুনা- যমুনা! [যমুনা থোরকপা] যমুনা অরা-মুংঙাই, মঙম পুন্নমক্তা লোয়নরক্লবা ঐগী অমত্তা ঙাইজরবা মরুপ, ঐগী মথন্নাই শকলবা খুদোপ.

অদো ইচনগীদমক্তনি থন্দুনা পান্থু ২ ঐনা ঙসি নংগী নকমদা থাদোক্লবনি।

[ থুদোপ পীরবা, যমুনা মখিত্তা পিগী ইরা চেন্দুনা জ্ঞান তাদনা লৌবা—হায়ফম থঙদ্রবা অৱাবা মৈচাক অদু থাঙবা ঙমদ্রদুনা ইমুংদা চংখিবা ]

রাজেন হৌজিক্তি ঐ চৎলগে। মরুপ অমদি ইচলগী য়াইফনবগীদমক্তা অমদি পুন্সি মুংশাংননবা তাইবং-পানগী মপু লৈশেম্পা মাগী মফমদা ঐনা মতম পূন্নমক্তা থুরুমজগনি অসি মঙাইরে নংগী লাইরবা মরুপনা ঙমজবা হায়ববু [ কুমার থোরকপা ] রাজেন ঐ চৎলগে।

**কুমার**— মোহেন্দ্র বাবু, লেংবা য়াদ্রি। নহান লুহোংবা লেংলক্তবনিনা ঙসি ময়াম মুংঙাইগিন্নবগী মশক ওইনা নহান লম্বীদা শকখিবা নহাক্কী মুংশি ঊশৈ অদু ঙসি………।

**মোহেন্দ্র**—কুমার বাবু, ঙসিদি ঐবু…. নোংমা লাকচরগে।

**কুমার**— রাজেন বাবু——রাজেন বাবু?

**রাজেন**—[ মুংগী মুত্তিগুম্না লেপলগা জ্ঞান তাদনা ] মোহেন, শকউ, তাশি কৈদৌরবগে।

**কুমার**— মোহেন বাবু, শকপিদ্রবদি মরুপকা……….।

**মোহেন্দ্র**—মরুপ কায়নবা! মরুপকীদমক্তনি মেরা লৈজ্রে। হ হ ম শরুগে কুমার বাবু।

ঈশৈশ :—

( মমিঙ্গদি ইন্না হৌরগা নোকমী নোকমী তৌদুনা মোহেন্দ্র ঈশৈ শকপা যমুনা খোংজাও হাংদুনা মমিঙ্গা পি শিংদুনা সুংগী মুত্তিগুম ঈশৈ তান্নি — রাজেনসু ঈশৈ অদু তাবদা রাখল অমদা তাউখরে )।

সুংশি মৈনা চাক্লে এরৈদি

× × × ×

× × × ×

'খামিন্নশি য়াইবী থন্নাই.......

( মোহেন্দ্র মী পুন্নমক্তা মখুৎনা ভক্তি তৌদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা নোক নোকদুনা থোকখি ; মতম খজিক অদুদি রাজেন, কুমার, যমুনা মখোয় অহুম্মক ঈশৈদা লুপখিদুনা অমনা অমবু য়েংনখিদরে, সুংগী মুত্তিগুম রাখল অমমমদা তাউমখরে )।

[ যবনিকা তপ্না তপ্না হায়জিনখিবা ]

*The End*